মণিপুর সরকারগী এডুকেসন ডিপার্টমেন্টকী মতেংঙা পোঙজবা

# পোইরৈতোন খুন্থোকপা

সম্পাদন তৌজবা
শ্রীখুমল্লম্বম যাইমা সিংহ

মমল লুপা ৩·০০

# পোইরৈতোন খুণ্টোকপা

---

হয়া হে, হে লীকলাইও। থানিংবা হোংনদে, থানিং মিকোন অমা তৈবদি ময়ুরা চীংথোং পোইরৈতোনবু কোনবনে॥

লহান হৱিচকতৈ তাইবং ওয়না পাল্লমতৈ খমঙ্গুং হেননা পাল্লমতৈ য়ারোপানা য়াম্মা ওইনা পাল্লমতৈ, য়ারৌ শা তোবপা তোবমু মৈশাংবা লৈপুং কোইচাউবা থোংলেন লমকাম শাবু য়াম্মা ওইনা পাল্লমতৈ রাবা চেংডা চানা রাংলৈ মুশিন্নে।

---

হয়া হে, ইপা ইমা ওইবা মতিক মগুণ লৈবা লাইনিংথৌ অথোইবা লাই। মমাঙৈগী তৌরম্বা লাইনীং লমচৎ, ঈরাৎ থৌ'ন হোংনরক্তে। লাইনীং লমচৎ ঈরাৎ থৌনি অতোপ্পা হোংদোকলকপদি নবুথৌ চীংথোং পোইরৈতোম্না পুথোকলকপনা অকোনবনি।

মমাঙৈগী হায়চক্কী মতমদা (সত্য যুগতা) পোকপা শিবা অমত্তা ওইনা লৈরম্বা খমুং (পরলোক, মৃত্যুলোক) অমা তাইবংবা ন

---

থকদবা:—অহানবগী ঈরাৎ—চয়াৎ, কারৎ, মারৎ।

চরাৎ কৌবদি মীনা লাৎপা।

কারৎ—শন, শন্দং, ইরোইনচিংবনা লাৎপা।

মারৎ—ওান্নু, খুনু, য়েন্না লাৎপা।

অসিগুম্বা লাৎপা অসি খুনুংচক্কী হায়বদি পোই রৈতোন লাক-পদগী তোকখ্রে। পোইরৈতোনগী লাৎপদি মথাদা হায়ংকনি। মাংগী লাৎপা অসি হিন্দু লৈবাক অপুম্বদা তৌরম্বগী বারম—গোমেধ, নর-মেধ যজ্ঞ তৌরম্বগী রা পুরাণদা লৈ, অসিবু হৈহেলোন্দা লাৎপা কৌই।

নোংতা চীংখনয়াংনা য়ারৌ শবি য়াম্মা। তোমপা খুনবী য়াংলিশা লেয়া অতোনবরু থৌয়ৈ য়েংপুননা পাল্লমক্তৈ য়ারৌ শা তোকপনা পাউহংখিয়ে। ইরোথ রাবা চেংভাচা-ও নওদি অশি কোরৌ হুমিংমদি কদায়দা য়াত্তাগবনো পাউহংখিয়ে।

---

( ইহলোক ) থায়ত্রিভৈদা য়ারৌ শা মপাশা অকনবগা লোয়নহুনা মচীন মনাউ ওইনা লৈব্রিভৈ য়ারৌ শাগী লুচিংবা লমকোয়বা লমগী মপু তোকপা তোকমু মৈশাংবা শা অহুগী মতুং ইন্দুনা লৈব্রিভৈগী মতম থরায় অহুবু রাবা কৌই।

রাবা অহুনা তোকপা শা অহু থাদোক্লুনা নোংদা চীংখনয়াং নোংইল চেক কৌবা অহনা লৈপাক্তা তায়গা শবি হেক ওইবা, লৈমুংদা লৈথুল হুৎলগা চওবা শবি অহুদা অমুক মতুং ইল্লে। মতুং ইল্লবা মতম অহুদা য়ারৌ শা তোকপা অহুনা হংলকই। রাবা নওদি ওসি অহিংদি মফম কদাইদা হিপকদৌরি হায়না হংখি।

---

থঙ্গদবা :— মসিদা তাইবংবানগী অমা হকচাংগী অমা রায়ম অনী থোকই। খম্মোই য়াম্মোই লাইরিক্কী রায়ম হয়িচক হায়বদি পোক্তিভৈ তাইবংপান কাওদ্রিভৈ ইমাগী পুকমুংদা চওলকত্রিভৈগী থরায় অহু হৈ কৌই। চক হায়বদি মতম অহুবু কৌই। অহুগা ইমাগী পুকমুংদা চপ্তবদা হৈরাও মরূপনবা কৌই। ইমাদা চওলকত্রিভৈগী মতমদা থরায়না লৈবগী মওং মতৌ অহুবু হয়িচাভৈ কৌই। য়ারৌশা তোকপা মৈশাংবা হায়বা অসি হকচাংগী মপান্দা লৈবা সুংশিংনি। মানা থরায়বু কোয়প্পু পুবনি। মহাক অসিবু মি কৌই। হকচাংদা লৈয়বদা থরায়গা মিপা কৌই। মি অসি শাগা পাউরৌনৈ। হকচাংদা মি অসিনা মতম পূয়মক্তা থরায়বু ফাগদবগী য়েংহুনা লৈ।

মীয়মলেন লাইয়েক্কী রায়ম লৈপাক অসি হকচাংকুম্ব কৌই। পোকলগদৌরিবা থরায় ( জীব ) অসি অহানবদা মপাগী হকচাং মপান্দা ময়না কাহুনা মফম হোংনা হোংনা লৈ। অহুদগী ময়গী মুংশীং

হোয়দা য়ামা য়াওরৌ শা তোকপা-ও ঐদি পুশুম লাংশুম থক্তা য়াহিপকে হায়না পাউখুমখিয়ে। য়াওরৌ শা তোকপনা খিংলৌ পলচনববু চনয়োম্লে য়ারৌ শা তোকপনা ইরোয় রাবা চেংঙাচা-ও অসি কোরৌ হুমিৎমদি কদায়দা য়াতাকপনো পাউহংববু—

হোয়দা য়ারৌ শা তোকপা-ও লিরেন কাংকৈ থক্তা নুংবী নমঙাননা য়াতাগে হায়না পাউখুমখিএ। য়াওরৌ তোকপনা লিরেন

---

রাবনা খুমই। হোয় ইয়াম্বা তোকপা ঐদি কৈশুম অশোঙবা মথক্তা হিপকনি হায়না খুমই। অহুদগী অহিং ওইরবা মতমদা তোকপা শা অহুনা রাববু ফাগে হায়না হোৎনববু চঙবা ঙমদ্রে। কৈশুম তিংথংনা কনবনা রাববু লাকপা য়াদ্রে। অহুদগী তোকপনা অমুক

---

অহুনা মঙ্গুংদা অমুক পুশিনবনি হায়। মীওইবসি অহানবদা থা অনী মপানা নাউ পুই, মমানা থা তরা নাউপুই হায়রি।

লৈপাক্তং ওইবগী রারম অমা অহুগা হকচাংদা লৈবগী রারম অমা অনী থোকই।

শীংদপুং কৌবা লাইরিক্তা হায়রি— তোকপা অসি 'তোকপা শাওইবা হুন্দুং অপাইবা'—হায়বদি তোকপা হুংশীং অসিনা রাবা কৌবা থরায় অসি হুমলগা পুরকপদগী 'রাবা হায়বা থরায় অসিনা শবি হায়বদি নিংসা স্বরদা তোংবা মতমগী হুংশীং মথোৎ কারকপদা লাকপা অহুনি হায়রি, হকচাংদা লৈবা নিংসাস্বর অহুগা তিন্নরে। স্বরনা হেক চিংশিনখিবদা মানা পুবা তোকলে হায়বগী তোকপা কৌই। মানা পায়বা অহু হুন্দোকপ্রে হায়বগী হুন্দুং অপাইবা কৌই। তোকপা অসিনা থরায়বু ফাগে হায়না মতম পুন্নমক্তা ঙাইহনা লৈ। মরমদি শবিগা তিন্নবা হুমিত্তগী ঙাইবংবানগী মপোক্তা পোক্লে অহুগা তোকপগা তিন্নখিবা হুমিত্তগী ঙাইবংপান থাদোকপ্রে (শিরে) অহুনা তোকপনা রাবা নঙ ঙনি অহিং কদায়দা হিপকনি হংই।

কাংক্লৈথক্কী লাক্কে লাকওক্লে। য়ারোঁ শা তোকপনা ইরোয় রাবা চেংঙাচা-ও নওদি ঐবু অনৌবা তম্না য়ামা পুরা অসি কোরৌ হুমিৎমদি কদাইদা য়াতাগবনো পাউহংববু রাবা চেংঙাচানা য়ামা য়ারোঁ শা তোকপা ও অসি কোরৌ হুমিৎমদি লাংলেন কোংয়াং রাতোনথক রাশা থলক্কৈ থক্তা য়াহিপকে পাউথুমথিএ। য়ারোঁ শা তোকপনা ইঙুং

---

হংই। ইরোয় হায়বদি ঐগী তুং ইনবা ইরোয় রাবা অপিকপা নঙ ঙসিগী অহিং অসিনা কদায়দা হিপকনি হায়না হংই।

রাবা থরায়না খুমই—হোয় ইয়াম্বা শ. তোকপা-ও ঙসিদি লিরেন লীনা কাংক্লৈ ওইনা লোনবা লী মথক্তা নুংদা ঙানা হিপকনি হায়না খুমলে। অহুদগী অহিং ওইরবদা শা তোকপা অহুনা লী মরক্তা রাববু লাক্কে হায়না চোংশিনববু চঙবা ঙমদ্রে। অহুদা তোকপা শা ওইবা অহুনা শাউরহুনা হায়রকই। ঐগী তুং ইনবা ইরোয় লোয়ং-নবা রাবা অপিকপা নঙদ ঐবু লোইলা নীংদবা অনৌবা অতোপ্পা

---

থম্মোই য়াম্মোই হায়বা লাইরিক অহুদগী পুশুম লাংশুম হায়বদি পিশুম অনীমকপু কৌই হায়রি। মীরমলেনগী লাইরিকনা হায়বদি থাগী মচিদগী পূরকপদা মিৎতা থু লৈ হায়রি। মিৎতা থুংলগা অহিং মপাগী পিশুমদা লেপকনি।

থম্মোই য়াম্মোইনা হায়বা লিরেন কাংক্লৈথক কৌবদি নাথাও অচেংববু কৌই হায়রি। মরম অহুনা পোক্লগদবা থরায় অহুনা হক চাংদা নিংসা স্বরনা চিংশিল্লকপা অহুদা অহানবদা পিশুমদা লৈবা, অমুক নাথাওদা লৈবা অসিদা মপান্দা শীংলিবা অকনবা হুংশীংনা হুমদোকপা ঙমদবা অহুদা থরায় অসি ঐঙোন্দা লাকলোই হায়বা মতৌনি। হন্দক অহুমলকশুবা অসিদা তোকপা শা ওইবা হুন্দুং অপাইপা হুংশীং অসিনা অকনবা শাহুমগা লোয়ননা হুমলগে হায়বগী থৌরাঙ তৌরে।

শোয়ায়খদা রাবা চেংঙাচাবু কোংয়াং রাতোনথকী পায়রা নিংসা খিংগামননা রাবা পোংচিল তুহাউ লৈনা ফোয় চকমোম মৈয়িংদা খাম্বী মৈহৌদববু পুন্নুংরাল থোংদা শারেন হিংগোক শায়না রাবা তিল্লী খমলি খমলে। হয়েং কৌবা ইন্নুং শোয়ররবদা নোংদা চীংখলয়াং শবি

---

নয়াম্বগী তুং ইল্লপে হায়রবা মাল্লে। অতুদগী অমুকস্থ তোকপা শা ওইবনা হংলকই। রাবা ওসি অহিং নও অমুক মফম কদাইদা হিপ-কনি। অসি হায়না হংলবদা রাবা অপিকপা থরাইনা খুমই। ইয়াম্বা য়ারৌ শা তোকপা ওসি অহিংদি রাতে'ন অরোওবগী অরাংবা রাশা শেংগা মথক্তা হিপকনি হায়না খুমলবদা অতুদগী অহিং ওইরক্লবদা অহিং নোংয়াংয়গী মতমদা রাবা থরায় অপিশক। তুমলিঙৈদ' তো'ক-পা শা ওইবা অতুনা চোংশিল্লকপদা চঙবা য়াদ্রবা অতুদা মাগী নিংসা স্বরনা খংকাম হেক কাম্বদা রাবা থরায় অপিকপা অতুনা রাতোন্দগী ভারকপদা তাইবং মীওইবগী চাকচা চীঞ্জাক চানিংবা অরাম খোঁরাংবা মৈদা থোংলগা চাবা থকপা মহাও অসিগী অরাম্বা অসিনা অরাবা

---

খম্মোই য়াম্মোইনা হায়বা লাংয়েন কোংয়াং রাতোন থক হায়বা অসি নাতোন মতোন অতুম্ববুনি হায়রি। নাতোন মতোন্দা থরায় অপিকপা অসিনা লৈরবদা তোকপা শা ওইবা মুংশিংনা অকনবা শাফুগা লোয়ননা হুমদোকলে।

হেক পাইথোকলকপদা নোংদা চীংখনয়াং কৌবা শবি (মুংশীং মখল অমা, মীওইবগী মপুং ফারকপদা হকচাংদা চঙলকপা স্বরদা তোংবা) হায়বা মু শীং অসিনা স্বর হোঞ্জিল্লকপদা চিংশিনখ্রে। অসিদা মৈদা থোংবা হায়বদি নিংশা স্বর অসিনা হক্লং হন্দা হোন্দোক হোঞ্জিন তৌবদা শবি কৌবা মুংশীং অসিনা মৈ ওইনা থোংবা হায়-বদি চান্নিবা থক্লিবনা ওইরকপা হকচাংগী ময়োন ফম্বী অতুনি। মাহু লৈবা মফম পুকমুংগী মৈ অতুনা থোংবা অতু চাবা ফংদবগী

মামা তোমপানা য়ারৌ শা তোকপা-ও নরোয় ৱাবা চেংঙাচা ৱাংবৈ ময়শিল হনবদি ইন্নুং শোয়ায়নদা চকনোম নৈরিংদা থাম্বী মৈ হৌদবব নং ৱান থোংদনা শরেন হিংচোক শায়না য়াওজরে পাউথুমথিয়ে। তৌইগীদি নঙবু য়াম্মা ওইবদি ওইচু নত্তে। এবুস্থ য়াওজরকউেনে হায়না থুংফাং লৈচেঙ ফামনা হোৎ লৈমু তুইম্মনা লৈম্নুং থরাইরেন অহনববু * য়িনতানথিএ।

---

ওইরে। অরাবা অচু থাওবা ভমদবদগী মফম অচুদা লৈরম্বা অহিংবা অফংবা অচু চারগা থাওলে। অচুদগী নোংঙাল্লবদা শবিনা হায়—য়ারৌ শা তোকপা নঙগী নতুং ইনবা নরোয় ৱাবা অপিশক অসিবু অকোনবা এগী তুং ইনবগীদমক ঙসিগী অহিং নোংয়ায়দা মৈ হৌদবা অমসুং মৈ থান্দবা অচুগা মৈদা থোংবা অমুনবা চাবা থকপা ফং-দবনা শাহিং ঙাহিং চারে হায়না ৱাবনা এঙোন্দা হায়, শবি এগীসু নঙবু ইয়াম্ব। ওইবা অসি এ কিরে। এবুসু মতম অমদা নঙনা চারগনি হায়না নীংই। অসি হায়রমলগা শবিনা মথুৎ থুৎচানা লৈচেঙ হোৎলদুনা মতুংলোমদা লৈচাক ইন্থোকলগা মথুল হুৎলগা চঙখিদুনা লৈম্নুং থরায়রেন অহনবনা লৈবা মফম অচু য়ৌনা চঙশিনথরে।

---

হায়বা। অচুগা শরেন হিংচোক শায়না হায়বদি পূকন্নুংগী মৈনদি থোংদ্রিবা অচুগা তাইবংপানবগী হকচাং মপান্দা চাবা চীঙ্গাক পূক-নুংদা য়ৌদ্রিবা অচুবু লাকইবা থরায়শিংগী অহিংবা কৌই। অহানবা থরায় অসিনা তারবা অসিদা ফম্বী মফম য়ৌবা ভমদনা মপান্দা ৱানা লৈবা অচুনি।

অংতোপ্পা লাইরিকশিংদা **লৈপাক্তা তাবগী ৱারম** থরায় অসি মীওইবা অচুনা তৌরকপা মরমচৎকী মতুং ইন্না কম্ভবা মীশং অচুগী থরায় অচুদি লৈপাক্তা তাচুনা শাহিং ঙাহিং চাচুনা মাগী মতম লোইদ্রিবা মথৈ অরাবা ওইনা লেপ্লি অচুগী ৱাবা কৌই হায়রনসু লৈ।

* লৈম্নুং থরাইরেন অহনবা হায়বসি লাইরিক অমদা—লৈম্নুং থোক্তঙারেন হায়না ইবা থেংনৈ।

শবিগা লৈমুং থরায়রেনগা তাইবংপানগী য়াৱম ওাওনবা — লৈমুং থরায়রেন অহনবগী মুন্থী কাওজ পায়না পাইনৌখিয়ে। লৈমুং থরায়রেন্না শবি-ও নওদি ক'রি পোংনো হংলমই। হোয়দা ঐদি তাইবং পোংনে পাউথুমখিএ। তৌইগীদি তাইবংপাল অমা লৈবরা পাউহংখিয়ে। লৈমুং থরায়রেনও তাইবংপান অমা লৈএ পাউখুমখিএ।

---

শবিনা লৈমুং থরায়রেনগী মুন্থী উখোং পায়না চঙজরকই হায়না হায়জে। লৈমুং থরায়রেন্না নওদি কনানো হায়না হংলক্রবদা শবিনা ঐদি তাইবং মীনি হায়না খুমলকই। লৈমুং থরায়রেন্না তৌইগুম্বসুং তাইবংবান লৈবরা হায়না হংলবদা শবিনা লৈমুং থরায়রেনও তাইবং-বান অমা লৈ হায়না খুমই।

---

শবিনা লৈখুন হুৎপগী ৱা—

খম্মোই য়াম্মোইনা হায়বা শবিনা লৈচেং হোৎপা অসি নিংসা স্নর অসিনা মী অতুগী মথোং ক'রকপা মতম অতু লাকসবদা চারিবা থকলিবা অসি পুন্নমক হোৎতুনা ফম্বী অতু হোৎতুনা লৌই হায়রি অতুগা পোকফমগী মরম লম্বী শেম্বা মানা লৌবা ফম্বী অতুদা পোক্লগদৌরিবা থরায়গী মফম ফমফম ওইবগী ফম্বী কৌই। ( ফম্বী হায়বদি নুপীদনা রজস্বলাগী লম্বী শেম্বা নিপাদনা বীর্য্যগী লম্বী শেম্বা, অতুগা মপান পান্দোং ওইনা হৌবা জাৎতা চঙলগা পোকথায়বা ময়োন চোংনবগী লম্বী শেম্বা মুংশীং মখল অমা)। লৈমুং থরায়রেন হায়বদি হান্না হিংতুনা লৈরিবা চকচাংগী পুরিবা থরায় অতুবু কৌই। অহানবা লৈরম্বগী থরায়রেন অহনবা কৌবা। অতুগা লৈমুং হায়বদি পুকমুংবুসু লৈমুং হায়না লাইরিক অরিবশিংনা হায়। পুকমুংদা লৈবা চকচাং পুরিবা থরায়গী মফমদা শবি মুংশীং অসি চঙলকলে। শবি হায়বা অসি চঙলকপদা হৌজিক খঙনবা লোন্দা নিপাদনা বীর্য্য নুপীদনা রজস্বলা। অসিনা লাকপা লম্বীবু শবি মখুল কৌই।

তাইবংপাল অমা লৈয়ে হায়রিগীদি করি করি পানবনো হংখিএ। হৌয়দা লৈমুং থরায়রেন-ও মুমিং থা পাল্লে, থায়ায় থাদোন থরানমিচাক খোংজোনমুবী ওংএ। অদুমা থোই করি পানবনো হংখিএ। লম্বু তুবু লাইকম নেমদা সোইদা উইতোংকোন পাল্লে, লাইমৈকক লাইমৈশাং লৈমা তান্থ নিংথৌ কাংবা পাল্লে। থারোং লোইরেন ওংএ। মোরিয়া ফম্বাল চানা ইঙা কুমদমনা ইঙেন কুমথাইনৈএ। তাইবং অদুমা থোই করি পানবনো ওকলেন লাইরেন পাল্লে।

---

লৈমুং থরায়রেন্না হংই। তাইবংপান অমা লৈ হায়রবদি করি করি পাল্লি হায়বদা শবিনা খুমই—মুমিং থা থোকই, থরানমিচাক থায়ায় থাদোন খোংজোনমুবী অসি লৈ। থরায়রেন্না হায় অদুনা লোইরবরা অতোপ্পা অদুদগী হেনবা করি করি লৈরি হায়য়ু। লম্বু ১ তুবু ২ লাইকম ৩ নেমদা ৪ সোইদা ৫ উই ৬ তোংকোন ৭ লাইমৈকক ৮ লাইমৈশাং ৯ লৈমা তান্থ ১০ নিংথৌ কাংবা ১১ অসিনি। থরোং লোইরেন অসিনা ওন্না ওন্না শিন্না শিন্না নিংথৌ ওইদুনা পাল্লে। অদুগী মথংদা মোরিয়া ফম্বাল চানা চহীগী রায়েন তৌরকই চহী থঙনরকই, নিংথৌ মহাকথক্তা। থরায়রেন্না অদুদগী অতোপ্পা করি লৈরি হায়রবদা ওকলেন লাইরেন পাল্লি হায়।

---

হকচাং খঙবা লাইরিক্কী রারম – শবি অসিনা হকচাং মমুং চঙখরগা থরায়রেন্না লৈবা মফম অদুদা চঙলবদি তাইবংপানবগী অপাম্বা মুংশিবা অসিগী মৈচাক্তগী শেংনিংবা চানিংবগী রাগনা অরাবা ওইরে। কল্লকপা কপ্পাওবা লৌনিংবা ময়াই কাবা শুদ্দাংপা নাপল কাবা অসিনা মী অদুদা মপুং ফারৈ।

হায়রিবা অসি তাইবংপান মপানগী অমা হকচাং মমুংগী তাইবংপান অমনি। হৌজিক হায়রিবা মুমিং থা থরানমিচাক অসিমু হকচাংদা চঙনা লৈ। মিহুন কাঙলোনগী লাইরিক্তমু খোয়দৌ মেৎ

ইশা লমশা তোকপা কাম্বা সউ লৈরাং সুওক পাইবং খুবিং খুবা'ই য়োংম্বু য়োংসেন পাম্লে। ওকলেন্না য়াতম্বা লাইরেম্না চীদমনা ওংবৈত্র। অদুদি কদোনাকো নাখোক নাত্তা মখলনরোও সচি শায়া ফাবদি লাকখোং কায়ানাপ মিংবু মিংথারোও।

---

শা মখোঙ ময়ি পানবগী কাঙলুপ ইশা ১ লমশা ২ তোকপা ৩ কাম্বা ৪ শউ লৈরাং ৫ সুওক ৬ পাইবং ৭ খুপিং খুবাই ৮ য়োংম্বু ৯ য়োংথেন ১০ অসিনে। ওকলেন ময়া পানবগা লাইরেন মচি পানবগা লোৌনৈ হায়রবদা থরায়রেম্না অদুদি বরি তৌননি কায়দে নখুৎচাবা থম্না ফারবদি মচি মরা পাম্না অদু ফকলাংদা নাকথদা য়াম্নগা মশক মমিং থা ও।

---

থংবদা সুমিং কৌবা মিহুম্নি হায়রি ওয়থংবদা থা কৌবা মিহুন লৈ হায়। থরানমিচাকস্থ মকম মকমগী হায়রি। হকচাংদা হায়রগা লম্বু ১ তুবু ২ লাইকম ৩ নেমদা ৪ সোইদা ৫ উই ৬ কোনখাং ৭ লাইমৈকক্ ৮ লাইমৈশাং ৯ লৈমাতাম্নু ১০ নিংথৌ কাংবা ১১ মোরিয়া ফম্বালচা ১২ ওকলেন ১৩ লাইরেন ১৪ জুচিংবা শিংলি ১৪ গী মচুংদা নূপী ২ নিপাগী ২ থূদম থতনবা শিংলি ৪, নিপাগী লাইমৈ[illegible] — লাইরেন ; নূপীগী লাইমৈকক — ওকলেন। নূপা নূপীগী খুদম অনি থাইদোকলগা শিংলি ১০ না নূপা নুপী মীওইবগী হকচাং পুরি। ( মসিগী অকুপ্পা মরোল হকচাংগী লাইরিকশিংদা য়াওবা [illegible] অদু লাইরিক পংচাউ চাউখিগস্রা থঞ্জবদগী পঞ্জত্রে। )

হৌরিক হায়রিবা শা মখল তরা অসি হকচাংগী সুংশীং তরা-মকুরি। অদুগা ওকলেম্না য়াতমনা হায়রবদি নূপীগী মপুং কারকপদা ওইরকপা হকচাংগী ফিবম অদুনি। লাইরেম্না চীদমনা হায়রবদি— নূপাগী মপুংফাবা মতম ওইরকইবা মশক অদুনি। অনিমা ওই-রকইবা ফিবম অদুনি। অদুম ওইদুনা অদুম লৈবা অদুনা মপানগী ওই অদুনা তাইবংপান শম্দোকপা ওইদে।

তাইবংপান-ও অতু মখোয় করি পানবনো হুইচল হুইয়ান মৈলৈ সেরাং লৈশোক থোংকম লৈরি থোলব কোনবী কেয়াং হাওবৈ ফোলাং কোকলেন লুচিং পাল্লে। অতুদি কদৌনগো। কোংলৌ লমথৈ শাবল লমতাক-ও।

লৈরক মৈরোম্বসুং হুলগুমদে খোংবান লুবংবসু তেংগুমদে নংদেরো পাউথেমখিএ। তৌইগীদি তাইবংপান-ও অমুরক হুনরাইরুও হায়খিয়ে। নোংদা চীংথন য়াংনা তাইবং অমরক হলরাইরকএ। কোনবী খুন্তা-শু মৈলৈ য়াদা চীক, সেরাং নাশিনা লৈথাং তাশেংনা থমম্মুং হলরাইখিয়ে। থমম্মুং মকোনবীদি য়াওম্নু য়াওচুনিকএ। তাইবং

---

থরায়রেন্না অতুদগী হেনবা করি পাল্লি হায়বদা শবিনা হায় লৈপাম্বী হুইচল ১ হুইয়ান ২ মৈলৈ ৩ সেরাং ৪ লৈশোক ৫ থোংকম ৬ লৈরি ৭ থোনবা ৮ কোনবীরৈ ৯ কেয়াং ১০ হাওবৈ ১১ ফোলাং ১২ অসিনা কোকী লৈতেংগী পাল্লি। অতুদা থরায়রেন্না অতুদি করি কাংদে, শাবন্দা লমলক্তা লম গুমথৈ খুতনবা শম্বল ওইনৌ।

থরায়রেন্না হায় লৈরক অতেনবসুং চক্রবদি য়ৌবা হলকপা গুমদে, খোংবান অথেনবসু হোৎনরুদ্রবদি তেংবা শেংদোকপা গুমদে, হায়বদি থবক হায়বা অসি হোৎনবা নক্রবদি অরায়বা থবকসু গুমদে। নগু

হায়রিবা লৈশিং অসি হুকচাংদা হায়রবদি হুকচাংনা মথোং কায়কপা ঈনথংলকপা মতমদা মনম লাকইবা, তু হৌরকইবা, উম্বিং লাইচাক অসিনচিংবা হুকচাংগী মপান্দা লাকইবা খুদম তরা অদুনি হায়না হুকচাংগী লাইরেক্তা শবিগা থরায়রেনগনা হুকচাং মও' শেমই হায়। নিংসাম্বরগা লোয়ননা তেংলিবা শবিনা নিংসা হোন্দ্রক্লকপদা থোরক্লগা মপান্দগী অমূক চওবা অতুদা হৌজক হায়রিবা কোম্বীরৈ ১ মেলৈ ২ সেরাংলৈ ৩ হায়রিবা অহুম অসি মৈ ঈশিং মুংশীং অহুম্মক্তি শরুক অহুম অসি চাং মায়হল্লে। অতুগা কোনবী হায়রবদি মুংশীংনা খুৎশু ওইরগা মেলৈ হায়বদি মৈ চিংশল্লকপা অতুগী নাকন্দা ঈশিংনা য়োম্বা।

মকোনবীদি য়েক্তা কান্না শীংয়েন লৈয়েংনবনু থমন্থুং মমেল লৈদি. ওয়না কান তাইবং সেয়াং লৈদি য়েক্তা কান্না শীংয়েন লৈয়েংনবনু থমন্থুং মসেয়ান্দি সেয়োং চুংলোং মথৎলে তাইবং সেবাং লৈদি নোংমা থোইএ।

---

চৎলো হোংনরু হায়না থেমলগা চৎহনখরে। অহুদা শবিনা লৈয়ুং-দগী কাওপৎলক্লগা য়াথল তৌবদা তাইবংপান ওইগঞ্জা ওইরোইত্রা হায়বগী খেল থুদম য়েংগে হায়বগী কোম্বীরৈ থুক্তা পায়রে মেৈল ময়াদা চীকলে সেয়াংলৈ মনাদা চিল্লে। অহুদগী শবিনা লৈ অহু ময়ায়দা থূৎনা পায়খল্লগা থমন্থুংগী অমস্থুং তাইবংপানগী শক্লক অনী খাইদোক্লগা য়েংনা থোইরগা তাইবংপান ওইনা ওয়না থোইরগা থমন্থুং ওইবা হায়দুনা থুং অনীনা লৈ অহু হেক খাইদোকপদা ওয় থংবদা পায়বা কোনবী লৌদ মচু য়াউনা খুইথরে। য়েং থংবদা পায়বা তাইবংপানগী লৈদি ইনৌ নৌনা মচু পাল্লে। কোনবীলৈ য়েংবগুম্না মেলৈস্থ সেয়াংলৈস্থ লৈ অহুম্মক খেন চাং য়েংবদা থমন্থুংগী লৈনা চয়োং তংলে য়াংস্থ য়াংদি তাইবংপানগী লৈনা চয়োং চুমলে, মনী স্থ চয়োং অমা অমনা হেল্লি। অহুদগী অমুক কোক্তা য়েংলগা য়েংবদা থম-ন্থুংগী লৈদি পাখংগী কোক্তা য়েংপদা মকোই শলাই থুংদে। তাইবংবান

---

অপোক অসি লমলেনগী য়ারম— অহুগা শবিনা হায়বদি নিংসাম্বগী মথক্তা তোংলিবা অহুনা মুংশীংকী পাংগম্না মৈনে ঈশিংনে অহুম শক্লক অহুম মাম্বনা পুলপ তাশন্দুনা অহুম্মক মপাংগল মাম্বনা ঊংবা লৈবা অসিনা ফজনা চাংয়েংবদা তাইবং ওইবগী খুদম ওইবা নোংইনচেং শবিনা অমুক নিংথিনা খাইদোক-খাইজিন চিংথোক-চিংশিন লৈথোক লৈশম্না শেমলবদা তাইবংগী হকচাং ওইবা য়ারে। মশক অহু ওইরবদা অহানবগী লৈরিবা হকচাংগী মপু অথোইবা থরায় অসিনা থোকশিরা হায়বদি ওইরকইবা অনৌবা হকচাং অহুদা চঙলশিরা হায়-বগী খনবা মতম অহুদা তাইবংপানবগী হকচাং ওইবা পুমনমক মতম অসি লাকপদা অপাম মুংশিগী মৈচাক থুংলবগী মপাদা ইয়াং লাকলে য়াথল তৌরে।

খমন্নুং লৈরিদি পাখংলাবা লুকোই শলাই থুংদে। তাইবং ইরৈবিদি পাখং লুকোই লাবা শলাই থুংলে। ময়ুম নোংশাপান্দি পানম থোই-নানবা থোইএ। করমনা পোইরৈ খুন্থোকশিবনো হায়না লৈন্নুং খন্নায়-রেন অহনবনা ঐ পোইরৈ খুনথোকপদি ঐ কাংলৈ মপুং ফারে।

শুমাই উথিল্লে চীংয়া খেন খোংলে পামেল খেনখোং তৌরে শমু ইখোঙ লেঙফরোইএ। শানৌ চীংখোং পোইরৈতোন খোঙফাং

ঐথোয়গী লৈদি পাখংগী কোক্তা য়েৎপদা মকোই শলাই থুংলে ; ময়ুম নোংশাপানদি হায়বদি খমন্নুংগা তাইবংগা মশক অনীমক্তা লৈ অনীবু চাংয়েংবদা তাইবংবানগী লৈনা হেন্না থোইনা নিংথিয়ে। অহুদগী লৈন্নুং খন্নায়রেম্না শবিগী থৌরাং উরগা ঐবু পোইরৈ খুনথোকলসিরা হায়না খনববু ঐগী কোন্নুং মপুঙ ফানা লৈরি। হৌজিক ঐ য়ুম্বুরেং ওইরি, সম্পত্তি মপুংফানা লৈরে, ঐ চৎলরোই ঐদি মপাল মরা তারবনি। করম তৌনি হায়রা মনাউ পোইরৈতোন্দা শানৌ চীংখোং পোইরৈ-তোন খোঙবুগী অতোনবা নঙবু পোইরৈ খুনথোকলো হায়রবদা পোইরৈতোয়া পাউখুমলকই। য়াম্নুং ঐদি পাপোৎ পুপাং শুদে নাম্মা হাত্তিঙ। পাখংগী লৌকুম শঙবায় নাম্মতা তায়বা অহুগুমনা পাংশোয় নাই ইতোমতা মতায়।

শুমাই উথিল্লে হায়বদি মপুঙফাবা মতমগী হকচাং পুবা খন্নায় য়াবা হেক থোকলবদা হকচাং অহু মাঙহোৌগদৌরিবা, ঘানা লৈরিবা মতম অহুকী মথৈ পুনসিগদবা খন্নায় অহুদি লেঙদবা খন্নায়নি। অহুগা চীংখোং পোইরৈতোন হায়বদি মথক্তা হায়খিবা য়াবা অহুনি। (য়াবা কৌরম্বা অহুনা কন্থীগী মকমদা লৈরবদা পোইরৈতোন কৌরে। অহানবদা মপাদা কন্থীনা চাকচা ওইবা, মমাগী পুকন্নুং য়ৌরগা য়জখলা অহুনা চাকচা ওইবা।) মহাক অসিনা অমুক হকচাং অনৌবা অহুগী খন্নায়রেন অমুক ওইরগনি। মাবু চীংখোঙ পোইরৈতোন হায়বদি মহাকনা খন্নায়রেন ওইগদবা হকচাং অহু লৈত্রিভেদা হকচাংদি অমুক পোকপা অমুক শিবা মহৌশানি। অহুগা খন্নায়দি অমাঙ অতা

অতোনবা নওবু পোইরৈ খুন্থোকও হায়না পাওমেনববু শাবি ঐদি পাহাং নোং খরাং থমনোং ওই, পাখং শংবায় লোনতন্থা লৌকুমনা ইতোম পাংশোই নীকএ।

নুরা ভাইখোং শিন্নুকুমা ইতোম পাহাং ওইএ। ভাইবংপান্দগ্নু পাথ্রা ওইরু হায়বরা ভাইবং পাউনোক চাউএ মাই রাকিখিএ। মশাবি লৈঙ্গুং থরায়রেম্না শানৌ চীংখোঙ পোইরৈতোন-ও নতে লৈমা লাইখুরেম্বী মপল লাইরেন হুমঙোবনা পোকপীবু চেয়খো হায়রবদা

---

মুক্তাগী কি শাবগী লং হাপ্পা শিন্নুক মথুম য়াওদবা পাবোং লৈতবা অহুগুমনা ইতোমদা ইপা লৈতে; ভাইবংপান্দগ্নু পাথ্রা ওইরু হায়বরা? ভাইবংপান্দি নোকনা চাউই ঈকাইএ। পোইরৈতোনগী রা তারবদা লৈঙ্গুং থরায়রেম্না হ'য়রকই। শানৌ চীংখোঙ পোইরৈ-তোন অহু ওইরবদি নতেমা লৈমা লাইখুরেম্বী মপা লাইরেন হুম-ঙোবনা পোকপীগা লোয়ননা খোঙমিয়খো হায়না য়াথং পীরে।

---

লৈতবা থরায় অহুনা হকচাং হেক ওইবা য়াদবগী মপূ্ফাবা হকচাং অমদা লাকপা লৈবা মরম। অহুগা পুপাং শুদবা হায়বদি নুপাদগী খোকলগা নুপীগী থাগী লাকলিবা লৈ অহুগা তিন্নরগা হকচাং অমা ওইগদবনি, অহু তিন্নদনা তোপনা লৈবা অহুগীবু পোইরৈতোন কৌই। হকচাং ওইরিবা কাওলুপ পুমনমক্কী মপুনি হায়বগী চীংখোঙ পোইরৈ-তোন খোংফাং অতোনবা কৌই। অতোনবা হায়বদি হায়গী থরায়গী মকমদা কোয়া চংলকপগী অতোনবা কৌবনি।

পোইরৈতোন অহুনা হকচাং অমা ওইবদা মীওই শুরোইদবা অমম্নুং মীওইবগী য়াথল লৌশিং য়াওরোই অহুগুম্বা অহুদি মীওইং-বগী মপোক্তা ঈকাইবগী মশক ওইগনি। মরম অহুনা নতেমা হায়বদি অহানবা লৈরম্বা হকচাংনা অহুম্নি হায়না ভাইবংপামনা থওনবগী দমক হায়বা লাইখুরেম্বী লাইরেম্বী হকচাংগী মমুংদা লৈবা লেঙবা ঈনি। মপা লাইরেন হুংঙোবা হায়বদি হকচাংদা মাপী পোককম হৌকম লাইয়েন অঙৌবা হায়বদি মিংপু চকমমুংনা কোন-

লৈমা লাইখুরেম্বীনা লৈমুংথোইচখা অহনবা-ও নওপা কংলৈ পুংফারে, ফমাই উখিল মাম্নবা নত্তবরা। ঐদি ইখা লৈখা তায়ে, ইমিং য়ুং-য়াংনয়ে, ইথোম লাইতং শোয়এ, তাইবং পান্দোক চাউএ মরা কৈখিল্লে। তোইগীদি নত্তে লৈমা লৈনাউ তাবী খুন্নুং ভানবা মপু নিংথৌ চমু চৈরৈ লকা পান্না থোংথৈনব শুকমু থনবদা য়াওনবা লাংয়া থনবদা রাতেম্বা চমু চখা খুন্নুং লৈহনবনা পোকপী লৈমা

---

রা অমু তারবদা লাইখুরেম্বীন হায়, লৈমুংগী ফজবা অরিবা-অহনবা-ও নঙ্গী হৌদোকমিম্নরকপা য়ুম্বুরেং ওইমিম্নরকপা নত্তবরা? অদুগা ঐদি খায়াংনা লৈখা তাই ইমিংসু য়ুংয়াংনৈএ। অদুগা মবাক থীক থা থোম রাংলি অদুনা তাইবংবান নোকনা চাউই, ঐদি ইপুরোইবা মজা য়ুম্বুরেং ওইরিবিনি হায়রবদা থরায়রেম্রা হায় অদু ওইরবদি পোইরৈতোন নতৈমা লৈমা লৈনাউতাবী লৈমুংদগী ভাম্না ফাওরকপা মপু নিংথৌগী নিঙোল, ফি শেৎপদা থোঙ খুয়া ময়া

-খাবা লাইরেন অঙোবনা পন্থিংবা হায়বা অসিনা মিৎকী অঙোবা শরুকপু লাইরেন অঙোবা হায়না খঙনৈ। লাইরেন হুমঙোবা হায়বদি 'র' গী শিংলি ( ঈশিং মরী— চন্দ্রনাড়ী ) ঈশিংবু অঙোবা হায়। হকচাংগী লাইরেক অমদা শিংলিনা ঈ পোকই হায়না লৈ। "র" অঙোবা মরীদগী হায়বদি ঈশিংগী মরী শিংলিনা পোকপ ঈ অদুবুনি। হকচাংগী অরৈবা অরেপ্পা ঈশী মশক ওইবা লাইখুরেম্বী লাইরেম্বীনি। ঈ লৈত্রবদি তাইবংপানগী হকচাং ওইবা য়ারোই, হকচাং য়াওদবদি থরায়রেন ওইবসু য়ারোই। পোইরৈতোন অদুনা তাইবংবানগী শান্দোকনবগী দমক লৈমা লৈনৌতাবী হায়বদি নুপী ওইবগী মপুং ফারকপদা থাগী লাকপা লৈ অদুবু নৌনা লাকই হায়বগী লৈনৌ তাবী হায়বনি। হকচাংগী লাইরিকশিংদদি তোংতান্না হায়রি পোই-রৈতোননা নুপাগী হকচাংদা ওইবা লৈনৌতাবীনা নুপীগী হকচাংদা ওইরকপা অসি শবি হায়বা হুংশীংনা নিংসাম্বরদা থুংবা মতম অদুদা ওইরকপা মশকনি। লাইরিক অসিদদি কোংদোক্লমত্রে থুপা থরমই।

লৈহনুদু লাইচুম থোংথোং শেম্বা চৌংয়া লৈবা থেংবা, চাংফুং খঙ্গা লৈহনবনা য়েনবৌ লৌশি শেম্বা শিংকাং তাউবা ফুওক শংশা মথেল তৈবা চমু পুরৈরেলেমচুশ্ লিনকোইকি থমচিংকোন হায়রৈবা থোংঙাইবা রায়েন চুম্বনা পোকপী মপাম হুয়েন লামিগীদি হাওফুদোং লিল্লা হাওতমখিবু অগোং লালু তৈনা শুংবা চমুবু চেম্নখিয়ো হায়খিয়ে।

---

য়ৌনা গোনবা, পোক্লকইবা পূম্নকপু থৌদাবা, শিাগ্রবা পূমনমকবী রায়েন তৌবা নিংঙোল লৈমুংদা লৈখুন হনবনা পোকপী লৈখুনগী লৈমা ঈশিংগী মথোঙ ( মখুন ) মরম শেম্বা চীং লৈবা মফম মচুং- দগী লৈবাক মথুন হুংলগা চৌংথক্তা ফাওরগা ঈশিং য়েন্থরকপী, অচুগা লৌফম শেম্বা অথুম্বা তাওথোকলকপবু মুংনা ভাক্লগা মথল অয়াম্বা থোকপগী নিংঙোল তাইবংপানবগী ইহান হানবীগী মপূক্তী মচা থমচিংকোন হায়রৈবা তাইবংবানগী অপোক অশি অনৌগী থোঙদা অচুম্বা রায়েন তৌরিবনা পোকইবী, মপামগী লান্দা হাও মুংদোং লিলা হাও- ভমখী লাকঙংদবা অচুগী মওক ফকলগা মকোকপু মখুংনা পায়বা

---

হকচাং মচুংদগী ফোংদোকলকপা হায়বদি নিংসাম্বর অতুনা চারিবা থকলিনা পূম্নমকপু হোংলগা শবি কৌবা নিংসাম্বরনা তোংলিখা ফুংশীং অদুনা ঈশিংগী থোঙদা হুংলগা মখুন অতুদা ঈফুং ওইনা ফাওরকপদগী ময়োন অথুম্বা মচি তাউথোক্লকপবু মচুংদা লৈহনহৌবা অদুনা লৌফম হায়বদি তাইবংবানগী পোকফম ওইবা মথল মখা অয়াম্ব। থরায়পানবগী পোকফম হঞ্জিনফম ওইবা অপোক অশিবগী রায়েন তৌরিবা লাইগী নিংঙোলগী মশক ওইবা তাইবংবানগী অহানবগী মমানা পোকপা থমচিংকোন হায়রৈবা পোকপা শিবগী থুর্জী পায়রবা রায়েন চুমনা চিংথোক চিংশিন তৌবনা পোকপী, মানা হকচাংগী মপান্দা লৈমিরৈতদা তাইবংপানবগী থরায় পানবা পূম্নমক্তগী হেনবা তাইবং মীওইবগী পূকনীং লৌশিং রাথল চৌন লৈনা মহাউ থঙবা অহাউবা চাবা, লৈনা রা ঙাঙবদা ময়োন শেংনা ঙাঙবা, ফুংঙাইরগা মোকপা থরায় পানবা পূম্নমক্তগী হেনবা অশি মকোক কৌই হায়রি। মকোক

মচৈ লৈমা পৃকনা ফুইবী লিম্না ঙানবীনিগীনা— ( লৈনৌতাবীনা খুন্থোকপগী পুনবা পোৎলম থৌরাং তৌবা। ) শানৌ ইঙিংঙাবু তাইবং খুন্থোকও হায়বদি অথা কায়হৈগনে। হয়েং তাইবং কোইজানবা হিংনা চাবা মরম চানা, মুন্না চাবা মরম চানা নেমথোক শেমগে। তাপোং শাবা তম্না শাবা ওলতৌরিবা সকাললিবা চংনিং তরালবা

নিংঙোনবু লোয়নগ্রে। হায়রবদা লৈনৌতাবী রাখল লৈবী লৌশিংশিংবী লৈনৌতাবীনা হায় শানৌ চীংথোঙ পোইরৈতোন এথোয় অনীবু তাইবংবান্দা খুন্থোকউ হায়বা অসি ইফিং ফিংহৈগন্থু। হয়েং তাইবংবান্দা শীজিন্নগদবা তৌদবা য়াদবা পোৎ পুদবা য়াদে। হিংনা চাবা মরম চামা, থোংলগা মুন্না চাবা মরম চামা থৌরাং তৌজেমসি

অদু পায়রগা কোয়না চৎলিবী। মতাং অসিদা হকচাংগী লাইরিক্তা পোইরৈতোনগা লৈনৌ তাবীগা অনীমকনা তিম্নবা অসিদা ফুংথোঙ হাংবা পোইরৈতোম্না চঙবা অসিদা শল কাওনা ফুংথোঙ হাংবা নুপী নিপা অনীনা হৈথবা মতাং অদু পোইরৈতোন খুন্থোকপা কৌবা লাইরিক্তা মপানগী বারম ইবত্তগী থুকম অমত্তা ওইমা ই। তাইবংপানবা পুম্নমক অমত্তা ওইবগী মওংদা নুপী নুপাগী তোঙান তোঙান থাইদোক্লমদে। মফম অমত্তদগী হেক্তা লাকমিন্নবগী রাকমদা ইরিবা মরম অসিনা চীংথোঙ পোইরৈতোন লৈনৌতাবী অনী অসি হকচাংদা ওইরিবা লাই অহুনা শাইওন্নকপগী মরম থঙনবগী মীওইবগী মপোকত্তা ফোংদোক্লগা থুপ্না হকচাংগী লাইরিক্তা লেংবিরম্বনি। অসিনা থঙনবা মরম তাইবংবান্দা পোকইবা জীবগী মপু অহুনা তাইবংবানগী মবেন্মগা লোয়নননা মীওইবগী মপোক্তা পোকুনা মীওইবগী লমচৎ তম্বিবনি হায়বা তাকই। পুদিন কৌবা লাইরেকনস্থ হায়রি— তাইবংপানবগী মপুদি লৈমুং থোংফাং অতোনবা ওইগ্রে হায়রি। মরম অসিনা চীংথোঙ পোইরৈতোন কৌবা লাইগী মপোক লৈমা লৈনৌতাবীগা অনীনা তাইবংপানবগী লমচৎ তম্বিবা পোক্লকই। পোকপবুস্থ খুন্থোকপা কৌই। লৈনৌতাবী পোইরৈতোন অনীমক্না পুন্নগা ওইরকইবা মীওইবগী হকচাং

মোইরাংবা মরি লিশাবা মরাং লাংশবা তরামক খিতোংমু মখি য়াইলেং য়াইফো মখি চ চাকহৌ মখি তলথোং তেকশাবা কোনশাবা অপকপা পুননমকপু নেমথোকচেমসে। অমুবা নওদি শন্দং শেমও অঙোবা নওদি হামেং সেনচেমও খোংঙাইবা নওদি থংগোই য়াইনেমচেমও। হিজবা থেংবাচা কোইজা নওদি শীংজং য়ারা লেংদা থোংনা কাওনীং কাওয়াং

---

হায়দুনা তাবু শাবা ১ তাপোং শাবা ২ হাওফি শাবা ৩ লাইফি শারা ৪ অঙোবা ৫ ঙাকশেনবা ৬ লীককোন শেম্বা ৭ অথোং অকায় শেংদোকপা লুবা নানবা ৮ লীনা ফরুচিংবা মথল শাবা ৯ লাং শাবা মথল তরা অসিগী চাক অহাউবা চাকহৌ, হাউতবা অকংবা অয়াইবা চাকহাউগী মহাউ অহাউবা মথল, হাউতবগী মথল অহুগী থোংবা য়াবা কোল লীক, তল হোনবা তৈ থাং, চাক থোংনবা তেক্, য়েঙ্গাং থোংবা য়াবা মথলশুনা পুজেমসি হায়না লৈনৌতাবীনা থোরাও থোরবদা অমুবা নওদি শন্দং শেম শারগা পুজেরউ, অঙোবা নওনা হামেং শেনজেমউ। খোংঙাইবা নওনা অকল অথোগা লোয়ননা হী-য়াই লোয়ননা পুজেমউ। লৈনৌতাবীনা হায় হিজবা থেংবাগী মচা কোইজা নওদি শীংজং লেংবান্দ। থোংলগা উতেক মকক মখোল থোক্না কল্লগা

---

অসিদা লৌশিং মথল তরা থোকনা লৈনৌতাবীগী ময়াইনা ওইবা চাবা মথল অহিংবা মরম চামা, মৈদা থোংবা অমুনবা মরম চামা চাবা পোং থম্বা তাবু শাবা ১ তাবোং শাবা ২ হাওফি ৩ লাইফি ৪ থবক ওম্বা রাথল ৫ শা লান ওম্বগী রাথল ৬ লৈবাক ওংকুবা রাথল ৭ অরুবা অনানবা ৮ লীনা শাবা ৯ শা ডা ফানবা লাং শাবা ১০ রাথল তরা চওলে। ফাইবংপানবগী চানবা চীঙ্গাক অহাউ হাউতা অকং অয়াইগী মহাউ চাকহাউগী মহাউ অহুগী থোংবা থাকপা তলহোবা য়েনশাংগী মথল মথেন মথল অয়াম্বা অহুগী থোংনবা কোল তেক্ থাং চানবা পুথম তেংকোং থম্বা খুজাই অসি পুম্নমক্কো রাথল লৈরবদা অমুবা হারবদি অমুবা থরায় মথল অমা, অঙোবা থরায় মথল অমা (অমুবা—অমম্বা, অঙোবা—অঙানবা অসিসু থওনৈ) অহুনা শন্দং

থেংচেমও। খোংঙাম্নু নঙদি য়েন পায়চেমও লৈন্নুং হীকাপ্পী নঙস্থ হীকাপ মাইকাপ চেনচেমও, মিয়াম্নু নঙদ মী পায়চেমও খোংঙাম্নু ঙাম্নু পায়চেমও লৈন্নুং ইমাইবী লৈরি জিফোংবী মাংরই তুংম্বাইবী নঙদি খোইজু তোল্লোং খুজেমও। লৈন্নুং অশৈবী শক্তি লাংবপ্পী নঙদি মাইশেং কম্না ইকচেমও। খাবা লাংথংচা নঙদি মরোং শাখিন তাবু ফালথোকচেমও।

পুজেমউ, লৈন্নুং হীকাপ্পী নঙস্থ হী মাই হীকাপ-মাইকাপ পুজেমউ, মিয়াম্নু নঙস্থ মী পুজেমখো, খোংঙাম্নু নঙনা ঙাম্নু পুজেমউ। লৈন্নুংগী ইশা ঐখোয়গী মাইবা লৈন্নুংদগী লিংখৎলক্নুনা কোংদোক্লকপী মাঙদা তৌখিবা তুংদা তৌগদৌরিবা মাও তুং থঙবী মঙদি খোইজু তেংলোং ইকচেমও। লৈন্নুং অশৈবী শক্তি লাংকপ্পী নঙদি মাই অশেংবা মই মচংনা খোইজু মৈ ইকলগা পায়জেমও। খাবা লাংথংগী মচা মাইবা নঙদি শা খিন্নবা চুং তা পুজেমও।

হায়বদি হকচাংগী মওং ওইনা শেম্বা ওইরে। অতৌবা হায়বদি লাকলিবা অহুনা মিহুৎ ওইনা শেমলে। থোংঙাইবা হায়বদি চৌন্দগী মাগা লোয়ননা অচাপোৎ চাবা।

নিংসানা চিংশিল্লকপদা থেংবা, হোন্দোকপদস্থ থেংবা, তেংখম্না মা ঙাঙবদা মরোন থোকই, মা ঙাঙহল্লি। নিংসাম্বরগী খোঙচঙগী য়েন থোকহল্লি। নিংসাম্বর চনিং য়ৌরগা হকচাংগী অফবা অশেংবা চিংশল্লি। মিদা মীওইববু লোয়নহল্লি। নিংসাগী খোঙকাপ্পুগী ছুপী ওইবগী কিবম থীক থা লৈগী খোঙকাপ লাকই (নিপাগীস্থ)।

লৈন্নুং হায়বদি অমনা পূকস্থদগী ইশাগী নিংসাম্বর অহুনা মাও তুংদা কোংদোক্লকপ স্বর অহুনা মনম থঙহনবা মাইবী অহুনা অম্মিংবা পূশিলহল্লকপা অম্মিংবা চঙশকহইবা অহুবু ঈশৈ কায়দনা মখোলগা লোয়ননা; মাই মচংগা খোইজু ইকও হায়বদি হকচাংগী মৈ হৌরে অহুনা অপাবা ওইহল্লগা নিংসাম্বর অহু হোন্দোক্লকপা হকচাং ছুখাং-দস্থ মনিন ফাওহনবা অহুবু খাবা হায়বদি অম্মিংবা পুশল্লপা হকচাংগী ভু মথুল পুদিংমক মনিন ফাওহনবা।

শবি নোংদা চীংথলয়াং নরমলেনবু ইনতানসি হায়বস্থ কক-চেংদা নাতম লম থোইজেনা মাকারম রাহি মোঙ্ লমলে। লিরি কামজিংমবু তিংজরোইএ। লাকতোন মৈমলাক লাকরা ওইএ। খুনবী মুংথোং থিংবা মুংবী মুংহোবা থরান নোংলৈ উবা লীকলা রাইকেল

মতৌ অমুম্না ময়াম কাওন্দুপ লোয়ননা মাগী মাগী থবক শিন্থা পীরবদা নোংদা চীংথলয়াং শবিনা লাকপা লম্বী মতুংইন্না চৎলিরা নত্রগা অকোইবদা চৎলিরা হায়না থম্নবদা শবিগী লম্বী অসি কক-চেংনা তমথল্লকই, থোইচেংনা কারকই রাহি মোঙ্গী লমনি। চৎপদি হায়দবস্থ কাপ কাওবা তিংথোকচরোইয়ে হায়না মতোম মমৈরোমদগী কোইথোক্লগা কোয়করগা মখমদা লাকলে। মাহুদা নুংজাওনা লম্বী থোং থিংলম্মী, নুবী নুংহোবা থরান নোংলৈ উবা লৈরমলে।

হকচাংগী লাইরিকনা হায়রি, নুপীগা নিপাগা হৈ থাবা মুমিত্তা পোইরৈতোনগা লৈনৌতাবীগা অনীমক মমাগী পুকমুংদা তিন্নরে, মাহুবু হৈরাও মন্ন পনবস্থ কোই। অহুগী মুমিত্তগী নিপাগী কম্বী লীকলানা মন্না ওইরগা নুপীগী থাগী লৈনা (ঈনা) মতোং ওইরগা মতোংনা মহাউ পোকই, মহাউনা মৈ পোকই। মৈনা তীং পোকই, তীংনা শিংলী পোকই, ঈনা উনশা পোকই, উনশানা তু পোকলে। তুদগী শম পোক্লকই। অমুমনা মমাগী থা তরামক্তা লাকইবা থোং-কাপ ঈ অহুনা অঙাং অহুগী হকচাংদা চঙলগা মপুও কারকপা মীওই শুরকলবদা হকচাং অমা ওইবগী কাংবু শুরবহুনা পোকপগী মতম ওইরবদা শবিগী লম্বী হায়বদি নিংসাম্বর চৎপা মরম অহুবু শবিগী লম্বী কোই। ককচেং থোইচেং রাহি মোঙ্ হায়বদি অচা অথককী চঙথোক চঙশিনবা মখম, মতোন মমৈরোমদগী কোইথোক্লগা হায়বদি অঙাং অহু মকোকনা মমৈ মকোক্ ওন্থোক্লকপা থোঙদা ওন্থোকপা। খুনবী মুংথোং থিংবা হায়বদি মুংগী থোং হকচাং মমুংগী থোঙ মথুল মুংবী মুংহোবা থরান নোংলৈ উবা হায়বদি অঙাং পোকফম থোঙবু কোই।

চলবা লম্বু ইন্তানসে হায়বস্থ থৌদু ন্নুংথোঙ থিংববু কনানা থৌনাশিবনো হায়না পাউহংববু চোপনা চোপ ওইনাগে চোপ মথা লেকএ। চপনা চপ ওইনা মচা সেবকে, থৌরৈ শীজং পাবনা তাইনা মথৌ কুম্নে থৌদু ন্নুংথোঙ থিংববু কনানা থৌনাসে হায়বনো মানবী হৈরোম কাও লোংলম শল চীবংবা চী থং শলাই মানবনা থৌদু ন্নুংথোঙ থিংববু ঐ থৌনাগে, মানবী চী ওয়গী লুপা লোঙথুম হুকপি-ও চীরেন য়েংলমগী

---

লীকলা চীজুন তাবা মফম অসিদা ন্নুঙাইতে হায়বস্থ থৌদু ন্নুংথোঙ থিংবনু কনানা হংবা ওয়গনি হায়না হবদা চোমনা ঐ চেপকে নুং অসি হায়রদনা নুং ইল্লুদা হন্থোকলগা ওয়দদনা চোম মথা লেকলে। অদুদগী চপনা ঐ হাগে হায়না নুং ইল্লুবদা মশা থীংলে; মাগী খুংলাক্ট শীংজঙ ময়া অপাকপা লোইনা লেইনা কুম্নে। অদুদগী অমুক নুংথোঙ থিংবনু কনানা হাগনি হায়না হংলবদা— হৈরোমগী শল কাও লাইনা তংলকপা শল চীববা চীংগী চীলাইবক মানবা শল অদুনা থৌদু নুংথোঙ থিবৰু হাংদোক্কে ওয়থংবা মচীদা লুপাগী লোঙথুম হুকপি-ও, য়েথংবা চীরেন্দা সনাগী লোঙথুম হুকপি-ও

---

পূকন্নুংদগী অঙাংনা পোক্লগে হায়না অচোংপা মফমদা পোক্ল- ফমগী মথোঙদা চেপনা ফৈনা য়েংবদা য়ত্রে লৈথোকলে। শল তৌববু পাংগল থোক্বত্রে। অদুদগী মানবী হায়বদি খম্মোই য়াম্মোইনা মানবা মশাগী মশক্কা মান্নবা, তাইবংপানবা মপুগী মশক্কা মান্নবা অদুবু মশাগী মপা মমাগী মশক্কা মান্নবা হৈরেম হায়বদি নংগী নিপা অনীমকনা হৈথাবা অদুগী অমেম্বা অদুগী শল কাও লাইগী নোংদম্না ওইবা শল, মচা পংবা হায়বদি মচী য়াওদবা হায়বা অসি পূকন্নুংদা লৈরিবা অঙাং অদুবুনি। শলগা পাউরোনবদি তাইবংপংন শন্দোকপা মশক অদুবু শল কৌই। পূকন্নুংদা লৈরিবগী থোক্লকত্রিবে অঙাংগী মশক অদুবু শলস্থু কৌই, গুরস্থু কৌই। অদুগা অঙাং অদুগী থরায় অদুনা মী পোইরৈতোন অদু ওইনা পাউরো তৌনৈ। খম্মোই য়াম্মোইনা হায়বা শল অদুগী মচী ওয়গী লুপা লোঙথুম হুকপিও হায়বদি হৈথাবা

সনা লোঙখুম্ হুকপি-ও ইমায় লংমায় তোম্পী-ও ইচৈ হৈনা য়াংহু চোনচোন থাংবী-ও, ইনম কৈরী সুংদাই মানবী-ও ইহাক থাংকোই য়ানম শেম্বি-ও। ইহাক হকচাং ফিজাই কুয়া শিবি ও। অয়ুক চাবা থুম্ম হুমিদাং চানা থুম্মদ য়িচিক থুনা য়িসা থুনা তম্বি হায়খিয়ে।

---

ইমায়দা শেনখেং অরংবা তাম্পী ও ইচৈ মৈতোন্দা চামোর জোমজোম থাংবিয়ু, ইনয়দা সুদাই পক্লেং শাংনা মাঙলেন মথক্তা হকচাং মুংনা হাপ্পিয়ু। ঐগী ইশাদা ফিনা কুপশিয়ু। অয়ুক চানবা থুম অমা হুমিদাং চানবা থুম অমা অয়বগী শরুক অমা অশাবগী শরুক অমা তম্বিরকউ হায়বা তম্বিরবদা, হাক্তিবা রাকম অসিন তাইবংবান অসিগী মপু অহুনী চঙান মতৌক চঙনি হায়বা অত্থ পোকইবা জীব পুম্নমক খুত্তলবনি। শরু মসিং কুংলে, মনা হুম মানা চাবা চৌঙ্গকী মতম লোইরবদা শরু চৌংলাতেংক মানবনা, শরু কাওগী ওয়থবা মচী

---

অহুগী অয়েম্বা নিপগী ফন্না লৌরুলা অত্থ লম্বী চঙলকফম অহুদা মতম অত্থ ফাওবা মথাক অয়েম্বা কৈরি। অহুগা মচা চৌরেন রুং-লমগী সনা লোঙখুম হায়বদি মমাগী থাগী লৈ খোঙকাপ লাকপগী লম্বী মরম অহুদা মথাক ফয়েম্বা মতম অত্থ ফাওবা কৈরি। অনা অহুনা মচা ওই। মতাং অসিদা হায়রিবা হুখেও হাংবগী রাকম অসিদা ইমায়দা চামোর জোম জোম থাংবিয়ু, ইনম লোরী শুংদাই মানবীবু ইহাক থংগোই য়ানম শেম্বিয়ু, হায়বা রাহৈশিং অসিদি হৈ থাবা মতংগী নিপাগী শিংলি তোলোম্বা অহুনি, অহানবগী হুং-খোঙ হাংবগী রাকপনি। পোইরৈতোন ওইনা ফম্বী অহুনা মমাগী পুকনুং কৈগী খোঙকাপ কেনৌতাবীগা তিন্নবা চঙবগী মনুংগী থোঙ হাংবা অহুগী রায়মনি। শিংলি তোলোম্বগী মশক থাবনি অহুগা শিংলি তোলোম্বা অসিংসু তাইবংপান শন্দোক্লবান হায়বগী শরু কাওগা পাউরো তৌই। ইশাদা ফি কুপ্লিয়ু হায়বদি অঙাংগী পুকনুংগী নাউ-য়োম। অয়ুক হুমিদাংগী থুম হায়বদি অমম অঙান অয়িংবা অশাবা অসি ফংলবদা অঙাং অত্থ মমিৎ মনা শিংলে। মানা পুকনুংগী চাকচা

মপারি হাথরবদা মানবী মমিং কূপ মনা হৌরলে। সুমাই তিংগোই হাসং লৈনা খমলবদা মানবী চীঙথং শগাই মানবনা মানবী মচী ওয়রমগী লুপা লোঙখুম হুকপনা হাইথোকপদি থোক্লু নুংথোঙ থিং-ববু নিকফাং নীকএ। চীরেন মেৎলমগী মনা লোঙখুম হুকপনা হাইথোকপদি থোক্লু নুংথোঙ থিংববু মু মু তাং তাং হাইথোকলে। খমন্নুং অপক মাদি শিকতুম শিন্না থোকলকএ। অদু নোংগীবু খমন্নুং মশিনবী থোন্নৈএ। চীংখোঙ পোইরৈতোননা খমন্নুং কাউনা হৈ শন্না নিন্না হৈবু করি লৈবনো। মতৈ লৈমা লৈনৌতাবীনা

---

লুপা লোঙখুম হুকপনা হাইথোকপদি থোক্লু নুং ফেং ফেং হাইনা নীকই। অদুদগী অমুক মচী মেৎলমগী মনা লোঙখুম হুকপনা হাইবদা থিংলমলিবা নুংখোঙ অদু মথেল মু মু তাং তাং কাউনা হাংদোকলে। হেক হাংদোকপদা খমন্নুংগী অরৈবা পোইরৈতোনগী কাঙবু লাক্লিবা কাঙলুপ পুমননক তাইবংখান ফাওরকলে। মরম অদুগীবু খমন্নুং মশিনবা পেন্নরকই। মপান্দা ময়াম পুন্নমক থোরক-লবদা চীংখোঙ পোইরৈতোননা হায় খমন্নুংবু হায়বদি অশিবগী লৈ-বাকপু কাউবা ওম্বা খমন্নুং কাউনা হৈবু করম্বা লৈবনো হায়না হংলকপদা মতৈমা লৈমা লৈনৌতাবীনা হায় খমন্নুং চাকরি খুংখোংবা

---

লোইরবদা খমন্নুগী মতম লোইরে, তাইবংগী অনৌবা ওইরবদা চীং গুম্বা অঙাং অদুনা মানবী অঙাং অদুনা মকোক অদুনা হৈখরকপা মক্ষম ওয়থংবদা থেংনদা থোঙ অদু লোমই। অদুদগী মেথংবা মমাগী খাগী লৈ খোউকাপ লাকপা মফমদা থেংবদা ঈশিং মথোলগা মুশীং মথোলগা কোয়ননা খোউ হাংদোকলগা থোরকলে; অদুগা তাইবং-পান্দা থোক্লকলে। খমন্নুং মশিনবী থোন্নৈ হায়বদি অমুক পোকপা অমুক শিবা শিল্লোন শিনজিনবা অদুবু খমন্নুং মশিনবী কৌই। মীওই-বগী পোকপদা শিগনি হায়বা কাউনবা, মুংঙাইনবা ঈশৈ শকপা শোনবা যঙ্গ খোবা অমা, চাবা থকপগী মহাউ অহাউবনা মুংঙাইবা খঙনবা য়া হৌরকই, পাংগল লৌশং য়াওজি, শেংপা ইনবগী রাথল

থমমুং চাকরি খুখোংবা নওস্থ খু' খোংলকও। মুংদাং মুং-
শিবী নওস্থ খু' খোংলকও থমমুং কাউনা হৈবু পাউদাইরো হায়ববু
ইম্না চাংজোবু ফকলাং লেঙ্গা মুদা থোংগাউরগলে। থমমুং তকুৎ
তকাই য়ানেংমুং তাইবং শকথোং মায়খওনববু চামলো লাপোং শীং-
পোং মণ্ডা থোকাউবমলে। চামলো লা হেল্লু ও থমমুং হলরাইরুও,
শন্না ওস্তেরুও হায়না থোশীরকপনিগীনা চামলো লাপোং শীংপোং
মণ্ডা পুথোকলকএ। মরুম্বী তাংকলিক খুখোংবীদি খোওকাপ নাউরৈ

নওস্থ খুখোংলা-ও। মুমিদাং মুংশিবী নওস্থ খু' খোংলো লাউ হায়-
দনা হরাউ কুমহৈ তোগংববু লৈবৌতাবীনা হ য়রকই। মা চংজোবু
ফকলাং মমুংদা কাউরমলে। থমমুংদগী লাকপনা তকুপ তরাইনা
তাইবংপান্দা শকথও মায়থওনবা য়ারোই হায়বগী তাইবং শকথও মায়-
থওননবা লাপোং শীংপোং মণ্ডা কাউরমলে হায়রদুনা লৈমুং চাকরি
খুখোংবগা মতু মুমিদাং মুংশিবীগা অনীমকখায়কলে। মতৈ মনাউ
অনীমকনা থুনা য়াওনা লাপোং শীপোং মণ্ডা পুথোক্লক্লে। লাপোং
শীংপোং পুথোক্লবদা মাগী মতু মুংশিরবা তাংকলিক খুখোংবীদি
খোওথাং অমতং কোনহৌবদগী থোদু মুংখোও থিংবনা হানখ্রে। মন্না

য়াওদ্রে। শিবদগী অমুক অওং ওইনা পোক্লকপা অংসদা তাইবং
মীগী মরোন মীওইন। লৈবগী রাখল লৌশিং চাঙ্গাক মহৈ মশিং
হৈবা ফিশেৎ লমচৎ তাংবংপন্দা পানবা অসি অরয়বা নত্তে। য়া
য়াওদবা হকচাংগী মপোং শুরক্তবা অস থওনবগী দমক লাপোং
শীংপোং হায়বদি লৌশিং হৌজক হায়রিবা পুৎনক অংস লাপোং
শীংপোত্তা পাউরো তোবা অতুগা অচা অথক, শেৎপা ইনবা, হরাউ
কুম্মৈ অসিনা মুংওাইনবা থওবগী রাখল, শিবগী রাখস, শিবা কাউবা
মী ওইনবা অংসহ অরায়বা থবক নত্তে। মরম অতুনা মকম অতু
পুথোক্লকপা থরা কোনবগী থরা তপ্না নোংমা নোংমগী চাউখৎলকপা
লৌশিং লাকপা অতুবুনি। অওাং অতুনা হেক থোকাথবদা থোক-
লকপা মতমদা মৈগা ঈশিংগা অশাবা মৈগা লোয়নননা ঈশিং

কোনবনিগীনা থৌহ্নু নুংথোঙ শিংবনা হাল্লমলে। মথংলেন চাকরিবা খুংথোংবদি মপান্দা খোং মরক্তী তংকোরবী মুংশিবীদি মুংদা খোং, নুংবী মনা হোবা থরান নোংমৈ উবা লীকলা রাইফেল চনবদা থংলেন খোয়বু ওন্না মুংবু শিব ও খোয়বু ওং মুংবু শিনা ওইথম-ও হায়না খুংগী করো শু খুঞ্জং হুংচরায়না অনেতক অনেতকও উমদরে খোয়বু ওং মুংবু শিনা খাইনবা মথুরোয়ে। নথুর চৌংখোং পোইরৈতোন্না খোম্মরেং অথোৱা মাইমরেং অহনবা নওদি মাংলো লমদাং হান্না

---

মপুরোয়বা চাকরিবা খুংথোংবদি মপান্দ খোংলে মতু তা কারবী মুংশিবীদি মমুদা খোংলে। নুংবী মনা হোবা থরান নোংমৈ উবা, লীকলা চৌজুর তাব লনদা মরম্বী অনানবী মতুন হায়রকই। থলেন ইবুংঙো খোয়বু ওন্না (খোয় থিংনা) মুংবু শিবা ও খোয়বু ওং (খোয়থিংনা) মুংবু শিনা (মুং শিনা) ওইরমখো-ও হায়না মবুংঙোগী খুঞ্জেদা খুবক চন্না তকশি শোন্না শোন্না হান্নবু উমজে। মুংশি মুংওন্না খাইনবা মহৌশানি। নবুংবী চাংখোং পোইরৈতোন্না মাথংগী। খোম্মরেং অথোবা মাইমরে অহনবা নওদ লোয়মবা মনাংদা

---

অচুগা লোয়ননা থোক্লকই। অচু খইনবা মথক থরদ হৈরে ওইনা লৈসনখি মচুংদা চওখি। মপান্দা লৈহৌবা শক্তি ঈংগে আয়ুংবা শরুক্তা মও যহৌরে। অশাংগী শক্তি লৈহৌত্রে। অচুদা থোঙ থিংখিবদা শিংলিগী লতেন শরুক্তা হোবদা অয়ুংবগা অশাবগা খাইনবা মুংশিনবা অচুবু মতু এরা অপাম্বা মু শিনবগী পাউরৌনবনি। মরম অতুনা অমুক পোকপা অমুক শিবা, শিনংদনা শিবা পোক-নিংদনা পোকপা তাইব পানবগী মফম মহৌশাগী ওইবা হৌনশানি। মখোয় থিংনা মু শিনা তকশি শোন্না খাইনবা অসি মথুরোন হায়বদি মহৌশাগীনি হায়বা অসিনসু লৈমদগী লাকপনি হায়বা মরম অসি পোকপনি হায়বা তাকই। অতু চংখোঙ পোইরৈতোন্না থেম্মরেং অথোবা, মাইমরেং অহনবা হায়বা অসিনা পোইরৈতোনগী মপোক্তা পোক্লিবা পুন্নমকাদি থোম শরুকপগী মতম মরেং মন্নবা পুন্নমক্তা থকইতে

য়াংলৌ লম চিংহনববু পানবা লমকম্বা কৈরেন নাথুপ্পনা য়াওজরে। পানবা লমকম্ববু কনানা থৌনাশিবনো হায়না পাউহংববু উরিং লোইয়াম্বীডা য়াংবা শিরাই কংজানা ইয়ুরা চীংখোং পোইরৈতোনও পানবা লমকম্ববু ঐ থৌনাগে ইচিন কো'নজৌ হায়রৈ তোম্বিয়ো, ঐহাক ফিজাং কিশিনবিয়ো চরিন লৌসু লৌমা তাইবিয়ো ইকোক্ তাংজা লিন্দু মানবীও। পানবা মনা পায়না থৌনাগে থৌনাবা ওমদখিয়ে। পানবা লমকম্ববু কনানা থৌনাশিবনো হায়না পাউহং-

লম চিংউ লম্বী য়েংউ লম্বী শেম্মু হায়না থৌদায়বদ খোম্মরেং অখৌ-বনা মীয়ামগী লথজিংলে। খোম্মরেং অখৌববু লমলক্কী কৈরেন মারক্তা নাথুপ্পনা চাখ্রে। পোইরৈতোননা কৈ অসিবু কনা লৈ খেংনবা ওম্বা হায়না হংলবদা উরিং অপিকপা লোইয়াম্বীগী মচা মরাম চোম্মুন লোয়নবা য়াওনা পাইবা উরিং মচানা খুমই। ইবুধৌ চীংখোং পোইরৈতোন কৈরেন অখৌববু ঐখোয় খেংনগে ইচিন কোঙৌ তোম্বিয়ু। উরিংনা ঐগী হকচাং অসি থুংবা কি অঙাংবনা ওকশমদা কিশি কিবিউ। ঐগী চানবা চয়িল্লৌ অমা মুমলাংলৌ লৌকম অমা লৌ অমী পীবিয়ু। ঐগী কোক লিন্দু মান্না শেম্বিয়ু।

মতম অদু পোইরৈতোন্না খোম থকই। মাইমরাং অহনব হায়বদি য়াই য়াই চাউবা মমায় মশক খউলবা অহনবা মখোংকাংক্লবদা মমাগী খোম থাদোকখ্রে। কি অহনবা শাবা লোইরবগুম হকচাংসু চৗ মঙাদা শাবা লোই হায়না মীয়মলেননা হায়রি। লমজিংবা হায়-বদি হেক পোকপদগী অহানবা থকপা খোম অদুনা মাদু লমজিং-বনি। মাইমরেং হায়বদি মমাম্বা লেংগা হৌমিয়বা অদুগা মমা মপা মশক খউলক্লবা মতম অদুগা অহনবা হায়বদি চিঙাক্কগী খোয়া অহস্নি। কৈরেন নাথুপ্পনা চাখ্রে হায়বা অসি অঙাং অদুনা য়াই য়াই চাউরবদা মমাগী খোম খোক্লে। হকচাংগী মসুংদা লৈবা লুয়ক তাংলক্তা লৈবা মুশিং অদুনা খোম লৌশিনখ্রে অদুবু কৈগা পাউরৌনৈ। কৈগা পাউরৌনবসিনা পোক্লিবা অয়াম্বগীনি। চীংখোং

ববু ইপুরোই অমুদোন লেরাবনা ইম্বরা চীংখোং পোইরৈতোন-ও। পানবা লমকম্ববু ঐ থৌনাগে এহাক কোলগা শিবিও। ইমৈতোনগা তাজা ইশাতোনগা হানবিও। পানবা শারাউখোল কৈরেন লাল্লাউখোনগা তম্না থৌনাগে হাপ্না পানবা মনা পায়না থৌনাববু ওমখিদেয়ে।

---

কৈ মনা ফোরনা চিংখোকে। মা মশক মওং শেম্বিরবদা পানবা কৈরেনদা চত্তবা ওমদ্রে। অহুদগী পোইরৈতোন্না অমুক হায় পানবা কৈরেন লমকম্ববু কনানা পাংনবা ওদগনি হায়না হংলবদা ইপুরোই অমুদোন কৌবা চীংদা লৈবা লমহেনবা ( উচেক মখল অমা ) অহুনা হায় ইবুধৌ চীংখোং পোইরৈতোন পানবা কৈরেন অথৌবা লমলক্তা লৈববু ঐগা থেংনগে। ঐগী হকচাং অপুম্বা কোল ওইনা হাপ্পিয়ু। অহুগা ইমৈ মৈতোমগা ইশা শাদোলগা কোল হাপ্পিয়ু। কৈ অহু শারাউ লাল্লাউখোলগা লোয়নমা মনা ফোরুগে হায়রবদা মানা হায়বা অহু মশাদা ওইহল্লবদা চত্তবা ওমদ্রে।

---

পোইরৈতোনগী মরমদি। উরিংকী রা অসিনা চীংখোং পোইরৈতোনগী মতীকনা অপিকপা জীব থরায় পানবগী মশক অসি করিগুম্বা পোং অমনা হেক ওইহনবা ওম্বগী মতীক্ ময়াই লৈবা অহু থত্তহনবনি। উরিংনা ফিডাংগী মচ্ ওইবা মকোক তাঙবা মচিঞ্জাক্না চরিন মুমলাং চাবা অসি মথোয়গীদমক তপলমলবনি। হন্দকী পানবা কৈরেন অথৌবা অসি মীওইবগী লাংফম ( গ্রহগী দশা ) শিহল্লিবা লাই অহুবুনি। পোইরৈতোনগী মপোক মীওইনা পোকসল্লবদি শিহল্লিবা লাই অদুনা মমাওদা থংতুনা লৈ অহুবু লাংফম হায়। অহুবু পোইরৈতোন হায়বা নিপা অসি মীওইবগী মরক্তগী অথোইবা অশিংবা অথত্তবা অমনি। মরম অহুনা মানা লাংফম অহু তাকথোকখিনবগী থৌরাঙ, মরম অমনা তাইবং মীওম্না পোকপা শিবা থায়না লৈবা থরায় পানবা মচা অপিকপা কাওবু অসিদি থরায় অহুগী খোত্তবু হায়রে মখোয় অসি হকচাং পুরিবা কাওবু রাংলে।

চীংখোং পোইরৈতোননা পানবা লমকন্থবা কদৌনকো হায়না পাউহনবা পোম্বী চীংচরোই অমুবনা ইয়ুরা চীংখোং পোইরৈতোনও, ঐ পানবা মনা পায়না থৌনাগে ইখোঙ থরা লোংখুম মানবীও ইমৈ রাইর শেংকম শাদিও ইথা তুমুং লংতুম মানবীও। ইহাক ফিমু লৈরূম শিবিও হায়না পোম্বী চীংচরোই অমুবনা পানবা মনা পায়না চোংদম্বা ঙমদখিয়ে। চীংখোং পোইরৈতোননা পানবা লম-কন্থবা কনানা থৌনাগবনো পাউহংববু লাংবন খোই চীংখাং খুম্বা খোইরাং চেং থাংনৌবা ঙারেম মুশুংবা খোইঙাংজেংনা ইয়ুরা চীংখোং

---

চীংখোং পোইরৈতোননা পানবা কৈবু কদৌরবা হংবদা চীংচরোই অমুবনা চীংখোং পোইরৈতোনদা হায় ইবুধৌ ঐনা পানবা কৈ মনা পায়না থেংনগে ইখোঙ খুজিন লোংখুম হাম্বিয়ু ইমৈ শেংগম শানা শাহনবিয়ু। ইথা লংতুম মওং মানহনবিয়ু ইশা হকচাং থুংনা ফি অমুবা কুপ্পিয়ু। অসি হায়রদা চীংচরোইগী অপাম্ব মানা হায়বা মশক মওং শেম্বিরবদা পাইশিল্লগা কৈগী মনাগী মতু ফোয়বদগী করিম্থু তৌরুবা ঙমদ্রে। অমুকস্থু চীংখোং পোইরৈতোননা হংলকই। পানবা কৈ লমচম্ববু কনানা থেনবা ঙমগদগে হায়না হংলকলবদা লাংবন

---

পোইরৈতোন অসি লাইগী মতিক লৈ হায়বা থঙনবগী থরায় পানবা জীব অপিকপশিং অতু ওইনিংবা মশক হোংদোকনা শেম্বিবা ওম্বা অতুগুম্বা মতিক ময়াই লৈবা অতু থঙহনবনি। চরোইনা হায়রিবা মরম অসিনা কনাগুম্বা অপিকপা তৌনগুম্বা থরায় পানবা অংনা ঐগী ইশা হকচাংদা ওইহনবিয়ু হায়বস্থু য়াই। অতু নক্রবস্থু মশা অতুবু পীবা শেম্বিবা ঙমলবদি হকচাং শারগা থরায় হাপলবস্থু থরায় অসি অথঙবা মীগীদি অমম্ অঙানগী লৌশনবা ঙম্বনি।

মশীং য়াম্বা মরম্না খোইনা হায়রিবা অসি পোইরৈতোয়া ওই-হল্লিংবা মশক হেক শেম্বা অতুগী রাকমনি। হায়রিবা রারম অসিগী মরম পোইরৈতোনগী মহাকী তোঙামবা লৈনৌঙাবিগী ময়াই রাওদনা মথঙগী মতিকনা ওইবা ওম্বা মশক পাবোং শুদবদগী মশক রাংপা

পোইরৈতোনও ইয়াক ককচা লুকাংনবিও। ইখাংসিনা মেলপা য়াইপা তোপ্পিও। ইনিং য়েংতুম নায়ন লেংবিও ঐ পানবা তুরক খায়না চৈবিগে হায়খিয়ে। ভারেন য়ুমুংবনা পানবা তুরক খায়না চৈবি। পানবা খোংহুম খোংনা চেনখিয়ে। তুখোং লোকও কৌঐ। কৈয়েন লাউহুন লাউনা চেনখিঐ তুরাও রোকও কৌঐ। পানবা লমফমনা পেংনা চোইনা কৈরেন পেংসিরোক কৌঐ। চীংখোং পোইরৈতোনা চক্ষু ইরাল খাবৈ চেকপ লোংনা কৈনা থনমলে। অহু নোংগী তোলোং লমপাকও কৌঐ।

---

খাগী চীংখোং চীংয়াদা চীংয়ায়দা খুপতুনা লৈবা খোইয়াংচেং ভারেং খোই খোইভাংজেং কৌবা খোইনা হায়রকই। ইবুধৌ ঐ পানবা কৈগী তুখোং খুদিং মখীংগুনা চীকথুগে ঐগী হকচাং মতাং কনহনবিয়ু ইখাংনা হীয়াই তোপ্পিয়ু ইনিংদা য়েংতুম মনা লেংবিয়ু হায়রবদা মানা হায়বা মতু ইন্না শেপ্পিরবদা ভারেনখোই খোইভাংজেংনা পানবা কৈরেনগী মতু মরক চঙনা তুখোং খুদিং চীক্লগদা পানবা কৈ খোং লাউনা চেনখ্রে। কৈনা খোংনা চেনখি হায়বগী তুখোং লোক কৌই। অহুদগী কৈনা লাউ খোংনা য়োখিবা মফম অহুবু তুরাও লোক কৌই। অমুক কৈ অহুনা পেং চোইরহুনা ভাওরহুনা কৈরেননা চেলকপা মফম অহু কৈরেন পেংসিরোক কৌরে। অহুদগী কৈনা ভাওহুনা লোক খুদিং চেনখ্রে। অহুদগী চীংখোং পোইরৈতোননা চাক থোং-লগা চাবগী চক্ষু ইরান খাবৈ চেকপ লোংনা থনলম্বা মফম অহুবু তোলোং লম্পাক কৌই।

---

আসি থঙনবগী দমক মশক খরা অসিদং পাউরৌ তৌনা হায়রবনি। অহুগা পোইরৈতোন য়াওদনা লৈনৌতাবীনা ওইবা মশকনা মথকতা হায়খিবা য়াফম অহুনা মপান হৌবা মপান শাংপা মহৈয়ানবা লৈবাক মনুংগী শেমচিংবা থোকপা পুন্নবকী মতিক নৈ।

পোইরৈতোন অসিগী হৌরকফম মফম অসি কবোয়মদগী অহাম-বগী মফম চীংদগী লাকপগী চীংদা ওইবা থোখোক ভাক্তা হায়রিবা

নয়ুরা চীংখোং পোইরৈতোননা ময়ুম খোংনাং ওইগদবা নওদি খাওশাং ওইরম হুন কা য়াচু শায়না মোইবুং পোংতম পু লিকোল খণ্ডউজাউ পুরা খোংনাং লৌমম লাংদা কোয়না চংখিও। তখেন লাংচুং

---

নবুখৌ চীংখোং পোইরৈতোননা মহাকী লাক্লিবা মীওইবগী কাংলুপ অদু তোলোং লমপাক্তা মাগী মাগী লম কিংশং পীদুনা খৌদারে। ময়ুম খোংনাং হায়বদি নোংচুপ ময়াং ওইগদবা নওদি খাওশাং ওয় খংবদা য়াল্লু য়া য়াচুবমখৈ শারম্ম মোইবুং পোং পাবোংপু লিকোল খাইজাউ পুরগা নোংচুপকী খোংনাংগী লৌমল হায়বদি অমনবা হাম্না লৌ উবা মফম লৌ লৈবা মফমদা থুম্লিংলুরো। ময়ুম তখেন ওইগদবা নওদি অঙোবা কি শেংলগা খাওশাং ওয়খংবা নাকন্দা য়াম্না কোয়না

---

অসি, অদুগা তোলোং লম্পাক কৌই হায়বা অসিনমু তম্মাক্তগী হৌরকপা প্রমাণ ওই। থৌনিরোন অমদা মহাবলীগী মনাক্তা লৈবা লম অমবু তেলোং কৌই হায়। অদুগা মুংলোন খম্বান্দদি কলা কোমু' মমুংদা মোংবী চৌংগী মখা মংলেনপা তাইনবা মফম অদু পোইরৈতোননা খোরকপা মফমনি হায়রি। অদুনদি খোকলকলগা নোংপোক্তা কবোরম চংলুবা ওইবমু য়াই। খোংনাং হায়বা অসি মৈতৈ লৈবাক্কী নোংচুপ মায়পৈগী লৈবাক পুম্নমকপু অরিবা লোনদা খোংনাং কৌই। অদুবু হৌজিক ময়াং লৈবাক হায়রি। অদুগা মৈতৈ লৈবাক্তা য়ুম লোম্নবা নোংচুপকী লৈবাক ময়াং লৈবাক হায়না কয়া হায়নবা শিলোং কাছাড়বু হায়নৈ। অদুগা পোইরৈতোন খুম্থোকপা লাইরিকমা হায়রিবা মীওই অসি কাছাড়গী মীশকপু থারিবা অসি পুম্নমক শীংথাবা তমদবগী অনকপা অকোমব হৃংলোম্নবা খরদং শীংথাবনি।

তখেন অসিনা মৈতৈ লৈবাক্কী শঙ্খোং পাংবদা লৈ। তখেনবুম্ম হায়বদি খোংনাং তখেন খোংমাং ময়াং অমুম হায়নম্ম লৈ। তোঙান তোঙানবা জাতিশিংগী মমিং লৈরবম্ম নোংচুপ্তা খোংনাং কৌই। কৌব্রুদগী মোইরাং শঙ্খোং খাংবা য়োমা নোংচুপ্তা লৈবা অতোপ অতোপ্পা

ওইগদবা নঙদি পশোৎ কৈতিং শেৎ থাঙশাং ওয়রম হুম্না কোইনা চংখিও। ময়ুম শেনবী কবো ওইগদবা নঙদি নচুবা শোইখৎলকও করাইরেন খুংবু শাবা নপাগি অমা শাৎলবদি উবাক কোকথোং কৈনা তাও! নমোম অমা ফুয়রবদি মম্নুং মানস্থ শেৎনা কোইখিও। চকপা তাংখুন ওইগদবা নঙদি চৈরৈ শেংগমনা মাল্লী মুশিল্লা রাইরি থাং-খোম্না কুরাউ কলাংথাং থাঙলেন নদাথেৎ রাকতং নাশিনা শক্ক

---

খুল্লিংকম মকম য়েংনা চংখো। শেনবী কবো ওইগদবা নঙদি চুবাগী শম তকথৎলগা কোরাইদা শমপুন মতুম ওইনা লৈশিল্লগা পুনশিল্লু। অদুগা নচানিপা অমা পোকলবদি নংথোকউ (কোথোকউ) শমজি লৈনা পুল্লগা তাহল্লু। নচা মুপী পোকলগা কি মম্নুংদম্ম মপান্দম্ম শেৎলগা কোইখ্রো। চৌংমী তাংখুল ওইগদবা নঙদি কি তাশল্লগা খাঙদা পুল্লগা মাংলমদা কি মতোন তাহনবা, কংউজৈ কাংজ লেংদা থোংবা, খাঙদা উনা শাবা পাই শো পানবা নাকন্দা য়ানবা, থাঙ নংগন্দা থেংপা, রাগী উতোং নাদা মুকপা, উতোংনা ফিশেৎ ওইবা কোক্কা শক্ক কৈনা থেংপা শম মখোঙ অকোয়বা করলগা কয়া য়েংশনবা

---

শম্বেংদগী মু শিংলম য়ীবা লৈপাকশিংবু মৈতৈনা থোংনাং কৌই। শেম্বী ববো অসিনা মখা মায়কৈদগী নোংপোক মায়গৈ ব্রহ্মদেশ অসিদা অতোপ অতোপ্পা লৈবাকসিবু মৈতৈনা কবো লৈবাক কৌই। আসাম দেশ অরাংদা লৈরিবা লৈবাকপু তেখাও কৌই। তাংখুল জাৎ অসি মৈতৈ লৈবাক্কী চীংখৈ পাংবা চীংদা লৈবা কাঙলুপ অমনি। তাংবা হায়বদি য়ুম তাংবা জাতি অমগী মখা পোন্না লৈবা। মখোয় অসিবু কুইরবা চীংগী মী কাঙলুপ অমনি হায়বা তাকলি। মরিং অসিনা মৈতৈ লৈবাক্কী মৈরম পাংবা চীংদা লৈবা চীংমী কাঙলুপনি। অহানবগী মকম ফুনান চীংদা মরিং থুনবীরোক কৌবা লোক্কা পাল্লম্বা অরিবা কাংলুপনি। কপুইনা মৈতৈ লৈবাকী নোংচুপ থংবা চীং তমেংলোংদা পাল্লম্বদগী মকম খুদিংদা শন্দোক্লকইবা অসি থাংনদগী শন্দোক্লকপনি হায়বা তাকই। অদুগা কোইখিয়ো হায়বা অসি

কৈথেৎনা ককচা শমখোও য়েং হুইরোং লুকা চিন্না চুম্থুল লোইরে থেমনা কোইখিরে। তরিং ভরাও মরিং ওইগদবা নওদি নখুৎ কিমু ফিয়েৎনা শিংচুম থেৎনা কোইনখিও। কামু কপুই লমসন ওইগদবা নওদি চিনফি থানিকনা লাইফি খোয়দোম্বনা লাইথং হুইয়োম শানা কোইখিও। চকপা তাংবা ওইগদবা নওদি লংহৌ তাবুল চিন্না কোইখিও।

---

রানা শাবা কশাক থেৎপা থনাংচেং লাকনা কোইরে। লমলক চৎপা কপুই লম মকম খুদিংদা শন্দোকদোবা নওদি কিশেৎ লাইফিনা খুদা শেৎপা মরাবা অমেকপা কি শেৎলগা কোইরে। চকপা তাং ওইগদবা নওদি লং মতুম পুরগা কোইরে।

---

কোইয়ু চৎলু হায়বা অমা অহুগা লম কোইয়ু হায়বা লম য়েংউ। লম কোইবা হায়বদি অরিবা লোন্দা লম অহু তাকউ মিংয়েং চংউ হায়বা মরম অসিনা লৈবাক তাকউ হায়বসু যাই। মৈতৈ রাইহেদা মৈতৈ সনা লৈবাক চাওনা কোয়না পনশাবা হাওনা (চাংমীবা) কোয়না পনতাকপা অমুমনসু হায়। চকপা তাংবা হায়বদি অরেপ্পা মহৌশাদগী তাঙনা লৈবা য়ুমদাংবা হায়বদি চকপা অসি লৈথক লৈখারোম্নচিংবা লাইরিকশিংগী রারম লৈশেমতৌদগী হোনা লে। মৈতৈ লৈবাকী অহানবা লাই ওইরিবৈ পোকপা লৈরম্বা কোংলোতোন লোথিবনচিংবা লাইগী মতমদগী খোঙকপা অহুগা মাংদৈ তাকপা অসি চকপরিংবা তাংমারিবা অমুম হায়বা অসিনা তাকই হায়না লাইরিকনা হায়রি। লৈশেম্বদগী হোনা নোদা লাইরেন পাখংবগী কম্বান তোংবা মতম য়োবা লাংবচক্কী অহানবা অহুদসু খোঙতাকপা মায়দৈগে মায়দৈগে চকপনা তাকই হায়না পাখংবা কম্বালদা হায়রি। মরম অহুনা চকপা অসি লৈশেমতৌদগী লৈরবা কাওবু অমনি। মওংদি লানথী ওইনা লৈবা পাল্লিবা নিংথৌ অহুগী মপান তাংনা লৈবা মরম অহুনা তাংবা কোই। হৌজিকসু চাংখোং চাংয়াদা লৈবা মরম অসি থায়নদগী তোরকলবানি। মরম অহুনা হোংবা য়াদবা মরমনি। পুদিঙ্কা মরক্তা চকপনা খোঙতাকপা মপান্দা চাংনা

কেপে মোইরাং ওইগদবা নত্তদি তোমশেন লুরোই থেংনা কোইখিও। নহুম পোইরৈ মৈতৈ ওইগদবা নত্তদি নয়ামা ঙাইবদি লফুং লৈনা থা ও। হেন্নং ঙাইবদি ফিদুন লৈনা থানা য়োইচায়খিও হায়রমএ। মহৌ চাম্নরকও তানখিয়ে। লমলেন মদাইমা লোইবা খুন্নুংশৈশও কৌবদি চৌংথোং পোইরৈতোম্না মপারি থাইনা য়াম মংযোম তোকনা

---

কেপে মোইরাং ওইগদবা নত্তনা কোয়েং মতোন্দা কিনা থিনগংনা য়েংলগা কোইখ্রে। নহুম পোইরৈ মৈতৈ ওইগদবা নত্তদি নয়াম্বা ঙাইবদি নাপী নত্রগা চন্দনা ফজনা ফমকম লফুং শেমলগা ফম্নগা ঙাইয়ু। নয়াম্বা ঙাইবদি নয়াম্বগী মফম অদুদি লৈবাক্তা ফিদা নিংথিনা থারগা থম্মু হায়রগা মাগী মাগী হায়খিবা মফম মফমদা চংলো হায়না চৌংথোং পোইরৈতোম্না মীয়াম পুম্নমক চংহনখ্রে। অদুদগী মতম খরা লৈরগা লমলেন মদাইমা খুন্নুংশৈ কৌবদি— চৌংথোং পোইরৈতোম্না মচানিপা মচাম্নুপী শেংনা থানবা হকচাংম্নবগী লমক অরাবা মুংশিবা ওইরবগী চৌংথোং পোইরৈতোম্না অহানবা লৈরম্বা মী ময়াম্বা লাইগী মৈ লাংপা থৌনিপা অদুদা মফম অমা

ঙাকই হায়রি। মোইরাং হায়বা অসিনা মৈতৈগী শলাই তরেংকী মচুংদগী কেথোকপা কাঙবুনি, কেথোকপা চাউথোকপনা কেপে হায়। শলাই তরকমকপু তিম্নবা য়াদবা অরিং অরাংবা অতোপ্পা কাঙলুপ অমা ওইনা লৈবা মরম অদুনা মোইরাং শন্দ্রেও পাংবা লমদা ইম্ফালদগী লাপথোক্না লৈখি। অদুগা ইম্ফালদা জাতি ওইনা লেঙদনা লৈগদবা পোইরৈ মৈতৈ নত্তদি লফুং হায়বদি চন্দ্র ওইরবদু ইনা নাপীনা ওইরবদু নিংথিনা পুল্লগা শেম্বা অদুবু লফুং কৌই। লফুং নিংথিনা শেমলগা লৈবা ময়ুম মচৈ লৈতবা অদুবু পোইবা কৌই। নয়াম্বা হায়বদি হায়া লৈরম্বা লাইনিংবা মৈতৈ হায়বদি তোঙানবা মৈ হায়বদি চাক য়েনশাং থোংনবা মৈ অদু নত্তবা থৌনিবগী লাংমবা মৈ অদুগী মরম মানা লৈবা মফমদা মৈ থৌনিবা মফম অদুবু মৈতৈ কৌই। জাতি ময়াম অসিনা অহানবদা চংনখিদুনা খুল তাপ্রবা

হুকলবগী দমক চীংখোং পোইরৈতোন্না মমাইবা থাবা লাংথ চানা খুন্থুং পাউতাকএ। য়াইথোং শাজন্নে হাওশি মংথিল্লে বাংলেন পৃংহৌএ। য়াইথোঙ নানম শকএ। অহু নোংগী লোইবী খুন্থুংশৈশও তৌনা কৌএ। লোইবী তোকখিন পুংও কৌবদি নয়ুম্না চীংখোং পোইরৈতোন্না মপারি থাইবা য়াম মযোম তেকনা হুকলবগীবু শম্ম পোঙবু থীন্না কপ্পমএ। অহু নোংগীবু লোইবী তোকখিন পুং-ও কৌএ। মরেম য়াংহন চীংও

ফিদা নিংথিনা ফজব থারগ লাইগী খৌনিবগী মরম পুম্নমক থোন্নাং তৌরহুনা পোইরৈ মৈতৈনা লৈবাক্কী ময়াম্নদা লৈরে। কাওবু অতোপ্পা মীয়ামশু মীরৈবাক্কা চংথিবশিংশু চংগ্রে, চীংমীশিংশু চীংদা লৈগ্রে, চীংখোং চীংয়াগী মীশু লোইনা মাগী মাগী থবক মথৌ তৌরহুনা চংগ্রে লৈগ্রে। চীংখাং পোইরৈতোনগী মাইবা থাবা লাংথংচানা অশিবগী পাউচেন্নে। অশিবা পোংলোইরে। পুং য়ৈরে অশিবগী তৌবা হৌনবা শোনবা শিকপলোন শকলে। মরম অহুগী মফম অহু খুন্থু শৈ কৌই। অহুদগী চীং মথক অমা তোকখিন পুং কৌবদি নবুংথো চীংখোং পোইরৈতোননা মচানিপা থাইনবা য়ামলবা মচান্থুপী লৈতবা হাকমল্লবগী মখোঙ থীন্নগা কপলমই। মরম অহুগী লোইবী তোকখিন পুং কৌই। চীং অমা মরেম য়াংহন চীং কৌবদি নবুংথো চীংখোং পোইরৈতোন খুন্দা অহানবগা (খুল্লিং অহানবা, খুনগী লুচিংব)

মতমদা লমচৎ খঙদবা কাওবুশিংবু অমুক কোন্না চৎলগা তাকপিবা, মীওইবগী লমচৎ খঙনবা তাকপিবগী দমকনি হায়বা বারম অসিনা তাকলি। মীওইনা পোকপা মপোক্কী শিরগা তৌবা হৌনবা মথৌ পোংলোইবা পুথোকপদা ঈশৈ শকপা পুং য়ৈবা অশিবগী মথৌ তৌবা। লাইগী থৌগল্লোন থৌনিবা মাইবনা লাইয়েংবা অসি তাকপিবা। চীংখোং পোইরৈতোনবু মীওইবগী খুল্লিং অহানবা লুচিংবা খুলগী অহল হায়না কৌই। চীংখোং পোইরৈতোন্না মীওইবগী লমচৎ নিংথি মুংঙাইবা ফজবা অশি অনাগী কর্ম্ম তৌবা লাইদা কৎপা লাংপা মওং অতোপ্পা অমা হৌদোকলকপা মরমগী। মহুংগী বারম—তাংমরিবা

কৌবদি মন্নরা চীংখোং পোইরৈতোন খুনবী পোংমাইলমবু য়োইচথা অরিবগা মতৈ লৈমা লৈনৌতাবী তানবা খুনুং নিংথৌ চন্থপা মপারি চথাথোং অহনবা সকাংয়াইথাবা কাতেন লৈনৌবা লৈশং থেকরাইবা মমোম খয়োইরোন মুরাহন ছইয়াই কোংদিংমু অহনবা হাওচেংলাং-মৈমু শাকবী খওলৈ মীনুংকোন শরা য়াইথোং মাংহখেন্দা করম তাউনা হৌরাই থবনো হায়না লোম্ন এ। অছু নোংগীবু মরেম য়াংহন চীংও কৌএ। লোইবা আলপাই পু কৌবদ চীংথোং পোইরৈতোননা কাইরৈ মাযুনচাবু অমন শিজনবিরে হায়না শম্নু থুন্তা শুববু পাইখিরে। ময়ুম লোইবী মরেমনা য়েনবুদি আলকে কৌই। অছু নোংগী হেম্বা আলপাই পুং ও কৌএ। লোইবী মনাইমা হেম্বা থাংলং পু-ও কৌবদি

---

মতৈনা লৈনা লৈনৌ তাবী তানবা শাগৈগী অরিবা নিংথৌগী মচা নিংতোলগা অনিমক্তা মা খম্নরমই। এখোইগী ইচানিপা চথাথোং অহনবা ১ শকাং য়াইথবা ২ কাংলে লৈনৌবা ৩ লৈশং থেকরাইবা ৪ ইচান্নুপী খয়োইরোন মুরাহন ১ ছইয়াই কোংদিংমু অহনবী ২ হাওচেং লাংমৈমু শাকবী ৩ ইথেয়গী ইচাশিং অসবু পোকলমলগা য়াম্না থুনা অশিবগী লৈবাক্তা করি মরমগী থুনা হনগ্রিবনো হায়না তাওনরমই। মরম অছুগী মরেম য়াংহন চীং কৌই। অছুদগী চী মথল অমা আল-পাই পুং কৌবদি চীংথোং পোইরৈতোন্না মহ কী য়েন মথুংনা পায়ছনা পুববু শিগদৌরমাম্লে হায়বগী থাদোকপদা পাইখ্রে। চীংমী মরেমনা মাখোয়গী মরোনদা য়েনবু আলকে কৌই; মরম অছুদগী আলপাই পুং কৌখ। অছুদগী অহোম্বা চীং অমা লান্নকপদ চীংগী খুনগং অমা লৈরমই। খুনগং অদুনা চীংথোং পোইরৈতোন্না পুং য়ৈবদা থাঙংলগা

---

মরম অসি অশিবগী মাথী তৌবা অহনবগী তাইবংবান্দা হৌদোকপগী মচা অমুক পোকপা অমুক শিহনবা অসিদা অশিবগী লৈহৌবা ইমুংনা রাবা হৌনবা অছু থম্নদবা য়াদবগী থম্নবনি। মমিং থোক্লিবা অসিনা তাইবংবানগী চীংমান লমতুগী মমিং লৈতবশিং অসি মমিং থোনবা মশক লৈরবদি মমিং অমা কৌবা অসি হৌদোকই খওহল্লকই।

চীংখোং পোইরৈতোননা য়াংলেন মপুংচাবু থাংহুম থাংনা য়ৈরমএ। অদু নোংগীবু হেন্না থাংলাং পুং-ও কৌএ। লোইবী মথংনবা অমদি চীংখোং পোইরৈতোননা মমাং মথা এংলমএ। অদু নোংগীবু থায়েংও কৌববু পোইরৈ তাবা থিবনা থারেন-ও কৌএ!

হেন্না মদাইমদি লোইবী পোলফৌ চীংও কৌবদি চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চরৈ মরিন কিবু য়োইময়াই তাউদনবা মকোন মনোংশা কোয়ৌ নোংশ মৈদা কৌরমএ। অদু নোংগীবু লোইবী পোলফৌ চীংও কৌএ। মরেম মদাইমদি চীংখোঙ পোইরৈতোননা তাউবা মচুইচাবু অমল শিহন-য়ৈরমই, মরম অদুগী চীংমী খুনগং অদুবু থাংলাং পুং কৌএ। অদুগা থংনবা খুনগং অমা অমুক য়োরবদা চীংখোং পোইরৈতোন্না মমায় লূকখরগা মথবাক মথা য়েংলমই। মরম অদুগী থায়েং পুং কৌবদগী মৈতৈনা অশন্বা য়াহৈদা থারেন কৌএ। অদুদগী চীং মথল অমা চীগী খুনগং অমা অমুক য়েংবদা চীংখোং পোইরৈতোন্না মফি শূদোক চামথোক্লগা মুংশাদা কৌবোক্লমই। মরম অদুগী লোইবী পোলফৌ চীংও কৌএ। মরেম চীং অদুগী চীং অমা লাল্লকপদা চীংখোং পোইরৈতোন্না মাগী তাউবা মচুইবু শিগদোরে হায়দুনা লমদা পুবদা চুইকং থা লপা পুবদা চুই অদুগা খোং লাউই হায়দুনা খোংগল কৌই। অদুদগী খুনগং অমা লাংন্থোক্লকপদা চীং অমদগী চীং অমা য়োরক্লবা খুনগ অমা য়োরকলবদা চুইকং থাংবা চুই অদুবু চুইকং পোইরৈ তাবা থিবা হায়বদি মৈতৈনা য়া অশন্বা হায়বা য়াহৈ অসিনা মরম ওইদুনা পোইরৈতোন অসি মৈতৈ লৈবাক্কী চীং খুদিংদা চৎলগা পুং য়ৈবা হয়াউবা হৌদোক্লমই হায়বা তাকই। ফি শূমা চান্বা অমোৎপা শেংদোকপা পোৎ কোকফাই শুজা কাববু মুংশাদা ফৌদোকপা চামথোকপা, চানবা পোৎ চামথোক্লগা চাবা থকপা, শূদোক চামথোক্লগা শেৎপা ইনবা হৌদোক্লমই। চুই লোইবা চুইদা চুইগং থাংলপা পুবা লম্বীদা চিংবা অদুগুম্না শা লোইবা য়োকপা শা পুম্নমক্কী মরম য়োকপা হৌদোক্লমই।

বিগে হায়না য়াংলৌ কংপা থাংববু খোংগল লাউগল্লে। অদু নোংগীবু খোংগল কৌএ। লোইবী মদাইমদি অসাইঙৈগী য়াংলৈ তাউবা মহুইচাবু তাউবা হুইরি ককনা য়াল্লমএ। অদু নোংগীবু হুইরিয়ানও কৌএ। হেম্বা মদাইমদি চীংখোঙ পোইরৈতোননা লীবুদি কারি-ও তেনবুদি কতে ও কৌএ। লীরী তেন্দোং মথুংশূবু য়'ল্লমএ। অদু নোংগীবু কারি কতে য়ান ও তৌনা কৌএ। খারম মদাইমদি চীংখোঙ পোইরৈতোনবু ময়ুম লোইবি মরেমনা চেংলৌ শক খঙদবগী লোইবি মপাচাগা লেপনা খিন্না হায়নঙৈনে কোরৌ মুমিং মঙানি লেকলমএ। অদু নোংগীবু পুরেক-ও খোল্লৈএ। খারম মদাইমা লোই খরাই পুং-ও কৌবদি চীংখোঙ পোইরৈ-তোম্না মপারি খাইনা য়াম মযোম তে'কনা হক্লবগী মতৌ লৈমবু রাওই-

---

মরি কক্লগা য়াল্লমই হায়বগী হুইরিয়ান কৌই। অদুদগী চীংমী খুনগং মখল অমা অমুক য়ৌরবদা চীংখোং পোইরৈতোননা লীকং তেন্দোং মখুংশু খুংল'ই অদু উদা য়াল্লে। চীংমী খুনগং অদুগী মরোম্দা লীকংবুদি কারি কৌই, তেনবুদি কাতে কৌই। লীরী তেন্দোং য়াল্লম্বা অদুগী মমক কারি-কাতে-য়ান হায়না কৌই। অদুদগী (নোং-পোক্কগী মখারম লাকপা) মখারোমদা চীং লাম্থোক্লগা লাকপদা চীংগী খুনগং য়ৌরবদা চীংখোং পোইরৈতোনবু মশক খঙনদবগী চীংমী কাঙবুনা তপথবা য়াদবা থাজদবা রা হায়বা লৌদবা মকম অদুদা অহিং মঙা লেক্লমই। মরম অদুগী পুরেক কৌই। মখা লমগী অমুক অতোপ্পা কবো তম্পাক্তা সেম্বী লোই খরাই পুং কৌবদি পোইরৈতোম্না মচা নুপা নুপী শিবা য়ামখিবগী রাখল তৌরগা মতৌমা লৈমাবু শাউহুনা রাথোক ওইখি। ইতৈমা লৈমা নঙদি ইরাম্বা। লৈমুং থরায়রেনগী

---

অদুদগী খুনগং অমদা লীকং তেন কাপ্পনচিংবা খুংশু খুংলাইগী মরম হোৌদক্লমই। পোইরৈতোমনা অহানবা নোংপোক খুনগং খুদিংমক ত.কপি তাখরকপা অদুদগী মখা মায়দৌ য়ারোইদৌবা মওং উবদা মুমিং মঙানি মুনা লেক্লুনা য়ানবা হোৎনরমই। লৈমুং থরাইরেনগী তালোয় অতোনবীনি হায়রিবা রাকম অসিনা লাইগী

খিএ। ইতৈ লৈমা নওদি শাবি লৈজুং থরাইরেন অহনবা শরা কংলৈ পুংফাবগী তালোয় অথুবী লুমলেন অতোনবী অহিং তারা থোংবী মুংথিল শংলো য়েন্নাংবী নত্তবরা পাকিরা সেরা তাংও কৌএ। লোইবী মদাইমা লাংদে লৌমল্লাং কৌবদি চৌংখোঙ পোইরৈতোননা চৌংবুরোই লাংওল্লক-পদা য়াংলৈ তাউবা মহুইচাবু থাংনিং য়াওথাং লাংনি নুবী শনন্ পুকফাং লাংনা থুরোরে। চৌংখোঙ পোইরৈতোন্না তাউবা মহুইচাবু অনৌবা তেনা হমনারকএ। হল্লকপবুদি তেরকপা কৌএ। অদু নোংগী লাংদ লৌমল্লাং কৌএ।

অহিংদা তরা চাকথোংবী, মুংথিন্দা মনা মশীং অনৌ অপেন থৌরাং তৌবা নত্তবরা হায়না শাউমা ওাত্তলম্বগী পাকিরা সেরা তাং হায়নন্থ কৌই। চৌংদা অমুক কারকলে। চৌং মথল ৎমা লাংদে লৌমল্লাং কৌবদি চৌংখোং পোইরৈতোননা চৌং অমা লাস্থোক্লগা চৌং অমদা লাকপদা লম্বীদা চৌংমীনা থাক্লম্বা লাং মথাদা শাগী মচীঞ্জাক থম-লগা থমলিবা অদু হেক চাবদা নুংনা কাফংলগা হেক ননবা সনন্ লাংনা হুই অদু থুরে। চৌংখোং পোইরৈতোননা অমুক হুঞ্জিল্লগা মাগী হুইবু লাংদগী লৌথোকই। অতুগী লাংদে লৌমল্লাং কৌই।

অতুদগী চৌংগী থুনগং অমা অমুক চৌংখোং পোইরৈতোন্না চত্তলগা চংবী লা মপুন অতুগা শিং মপুন মপুংদা লা মরোন মরোন লোম্নরগা মরমদি মী শিরপা শিপ্রিবা অতুগী মথৌ কর্ম্ম তৌবা কংপা লাংপা লমচৎ অসিগী খওনবা থুনগং অচৌবা মফম মকমদা খওহল্লম্বনি। অহিং চাকথোংবী মুংথিল মনা মশী থৌরাঙ তৌবী হায়বদি তাইবংপানবা অসিগী জীবশিংগী পোক্লক্রবগী থৌরাঙ তৌবী। পোক্লকইবা জীব পুম্নকপু হিংমবা য়োকপরিবী মহাক্কি হায়বনি। হুই লাংদা থুরোরে অমুক লৌথোকই হায়বদ পোক্লপা লাংকমদা শিবা অদু পোইরৈতে ননা অমুক পোকহনবা। লাংদে লৌমল্লাং হায়বদি লাং হায়বদি অচাং পোকফম্বুস্থ লাং কৌই। লৌমন হায়বদি অমুক হান্না চত্তলুব। মফম লাংদুদা তেবা হায়বদি অমুকস্থ হুজিন্নে হায়বদি

হেন্না মদাইমদি চীংখোং পোইরৈতোননা চীংবুরোই লাংওল্লকপদা চংবী লাপুন শীংবুল নু লা য়েম্মু চংবী লারোন মাম্বু য়োমলমএ। অদু নোংগীবু লাকোন ফাই কৌএ লমলেন মদাইমদি ইম্নুরা চীংখোং পোই-রৈতোনন চীংবুরোই লাংওল্লকপদা ভাংভোই য়োম্নমোংবা তুতে কোন তুরেন খোংবা ইবু ফৈন লাল্লা লাইজা ঈরাল্লকপদা লাইজা অথেনববু অসনবা-ও কৌএ। লাইজ অসলবদা লাল্লকএ। অদু মোংগীবু ইসল মহিথেন চীংখোং পোইরৈতোননা লাইজা ঈরালকমও তৌনা কৌএ।

লা মম্নাম কোনশন্দুনা য়েমতি, মরম অদুগী লাকেন ফাই কৌই। লম অকনা লুংভাইনা মকম অদা হৈদু থা চীংখোং পোইরৈতোন্না লাল্লবপদা ভাংভোই য়োয়মোংবগী তুরেন তেংবা মকম অদুদা তুরেনগী ঈশিং ফৈনা লাল্লকপদা ঈশিং অথেনবা য়েংন, য়েংনা লাল্লকপদা ঈশিং অথেনববু অরিবা লান্দা অসন্‌বা কৌই। মমম অদুগী ইসন্ মহিথেন চীংখোং পোইরৈতোননা লাংজ ঈরানকম কৌই। পল্লু লৈমম্নায় কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোননা চীং অমদগী লাল্লকপদা মতৌমা লৈমবু য়াংখোক ওই থয়ে। শাবি ইতৈমা লৈমা নওনা হীদাক

অমুকসু থা জেপত্রে হৈরাং মরু পাল্ল। চংবী লাপুল হায়বদি অভাং অদুগী মীওই মশক শুনবা মপুং ফানবা কায়দনবা মরোন মরোন হায়বদি হম্না হম্না হৈথারে অদুবু লায়োমস্তু কৌই। মতাং অসিদা-য়োয়মোংবনা তুরেল তেবগী মরম হায়রি। য়োম্নমোংবা ভাউথিংমাং মচীন মনাও অনী অসিদি নোংদা লাইরেন পাথবগী মশূনি হায়না চৈথারেল কুম্বাবদা ইরি। অদুগা পাথংবা ফানখোও হায়বা লাই-রিক অদুদদি চীংখোং পোইরৈতোননা খুন্থোক্লকপা অসি খুমুংচক্তা নিংগৌ অপানবগী মতমদা লাকই হায়না ইরি। অদুগী মরমদি অশিবা লাইয়িংথৌ অশংবা য়োয়মোংবা ওইনা লাংওল্লকপদগী খুমুং চক্তগী তৌনা য়োম্নমোংবা হায়বা অসি হায়না অস্নুম ইরমই। মসি মৈতৈ লাইরেক্তা চৌনবী ওইনা লৈ। তুরেল তেংবদি লৈশেমবা লোইবদগী ওক্লগী মচা মচিন মনাওমা তেংবা অসিনা য়োইমোংবা

নোংপোক মদাইমা পল্লু লৈময়াই কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোনা চৈংবু রোই লাংথোকপদা মতৌ লৈমবু রাওইদ্রে। শাবি ইতৈ লৈমা নঙনা শস্থোও তাইময়েন অখোম শীংঙুংয়নবু থোগাওরম্বগী শারি চথাখোং অহনবা শকাং য়াইথাবা কাদেন লৈনৌবা লৈশং থেকরাইবা ইমোম খয়োম্বরোম মুরাহল হুরয়াই কোংদি মু অহনবী হাওচেং লাংথৈম্মু শাক-বীবু থাইনরে। শাবি ইবি ঙাস্থ থাইনরগবরা থডদে হায়না মমোমলোমবু মপারিবু পম্ম পম্না কপলংএ. পম্মুও কৌএ। শেনবী মদাইমা শোম্মাং

শস্থেও তাইময়েন অখোম শীংউংলেনবু কাইবম্বগী ইচানিপা চপাখোং অহনবা ১ সকাং য়ু ইথাবা ২ কাদেন লৈনৌবা ৩ লৈশং থেকরাইবা ৪ ইচাম্মুগী খয়োম্বরোম মুরু হন ১ হুইয়াই কোংদি মু অহনবী ২ হাওচেং লাংথৈম্মু সাকবী ৩ ইচাশিংবু থাইনরে। ইচাশং থাইনরগুম্না থ্রে-থোম্ম অনীম্মু থাইনরগম্রা নিংলে হায়রগা পোইরৈতোননা মচাম্মুপীশিং মচানিপা পুম্নকপু মশী শুনা মমিং কৌর লৌরম্মুনা কপলমই। মচাবু পম্নই হায়বগী লম অহুী মমিং পম্মু কৌই। কবোগী থুনগং অমা অমুক য়োংকলে। থেংয়া চঙৌরেক কৌবদি চীংখোং

তাওখিংমাং এইনা শাইওম্নকপা অতুগা অমুক লোবা অতুগী পাউ রৌনি। য়োয়মোংবনা তেব তুরেন কাম্মি হায়বা অসিন মরম ওইদুনা পোইরৈতোন অসি ঐতৈ লৈবাকী মথা থবা মায়গৈদা কৃমককপগী রাকমনি। শস্থোও তাইময়েন হায়বদি থম্মোই য়ামোই লাইরিকন শস্থেকনবগী থেংও তাইনবগী য়েন হায়বগী মরমদি মুপীমা নিপাগ। অনীমকনা তিম্নবদা শোদোরকপা থোংও অনীগী য়েন। অমনা অখোম শীংউংয়েন হায়বদি মিং নাকোং নাতোন অসিনচিংবা হকচাংগী থোঙ মাপনমকী মশী শুনা য়েন হায়বদি শোদোক্নকপা অহু লোবা অহুবু অখোম শী উংয়েন কৌই। তাইবংপানবা মীওইবগী মপোক্তা হায়রবা য়েন অসি য়ুংওক্তে হায়বা অসিম্ম অঙকপনি। চীংখোং পোইরৈতোন অসিনা অহানবা লাকপা নোংপোক লৈম্মম পাংবা চীংদগী লাক্লপা মথা মায়গৈগী চীংদা চীংগী থুনগং মশীং

চঙোয়রোক্ কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোম্না য়েংশীচাস্ুং মথৌকুম নোং-পোক তম্বু কেম্না শেনবী শিদবা কবো ন'দববু খুনখিরকপদা চকপা কৈ-খোং হাওপাখ ও মৈথু নোংলোন কাবা অসিবু করি মৈনো ? মমুম চকপা হেমচেংলুপী ফুংকমৈ চেগাই কাকুপ মৈ চক্ল তাংশোইমৈ ফুডিং নোংফাই মৈরা পাওহুংববু হোয়দ. চীংখোং পোইরৈতোন ও মমুম হেংচেংলুবী ফুয়িকমৈ চক্ল তাংশোই মৈস্তু নত্তে। চকপা খাংপোক লৈমা মপাম্নি শাংফু রাববু থরা খুয়োল থারবগী নোংমল্লে। অদুগী ময়িম চকপা মীইক মৈ হেমাচং মীরৌ মৈনে পাউথুমখিএ। চীংখোং পোইরৈতাননা তৌইগীদি শাবি ইতৈ লৈমা ও চকপা মী হক লাই হয়ে মারো মৈবু লাই কন নো হায়বা থেনা কোইনা চংলকপদা শমু মথুদোনবু য়াম্না সেংইনা চংলকএ।

পোইরৈতোননা চৈশু মতোন্না হাপ্পা য়োংশীস্ু মথৌ লোইনা কুম্ন। নোংপোক মায়কৈ কবো তম্পাক শীনবা থুনা শিদ নাদবা মফম খিরকপদা চকপগী থুনগং অমা য়ৌর। মাদা চীংখোং পোইরৈ-তোননা চকপা পাখং অমদ রা হুলমই। নোংথক্কা মৈথু কারিবা অসিবু করি তৌবনি মৈ তৌরগে ? চকপগী তৌননী ময়মাক্তা চফু ইকপগী মৈরা অহুগা লৌফমগী চক্ল ফুদিং মৈ থাবরা কাওমৈ থুবরা হায়না হংবনা চকপা পাখন থুমই। হায়রিবশিং অদুগী মৈ নত্তে, চকপ মুপীনা চফু ইকপগী মৈস্তু নত্তে, চক্ল ফুদিং মৈস্তু নত্তে, কওমৈ থুবস্তু নত্তে। চকপা খাংপোক লৈমাগী মচানিপা শাংফু রাবরু করিস্তু তৌদনা রাস্তবদগী শিরে। অদুগী মী শিবগী পোং-লোইবগী মৈনি হায়ন. খুমলবদা চীংখোং পোইরৈতোননা ইতৈমা লৈমা মী শিহল্লবা লাই অসি করি লাইননে হায়না লাকপদা লম্বী কোইথেক্লগা চংদনা থুংকাম্লী কাপতুনা লাকপদা মরম অদুগী

শুনা চংলম্লগা মৈতৈ তম্পাক য়োরগা অমুক নোংপোকী চীংয়াদা থুনা অমুক চংখি। রারম ফাসিন চকপা অসি মমাডৈওগী মখোয়না হৌরকপদগী লৈদা পোংলোইব. কাওবুন হায়বা থওই। চকপা অসি লাইগী হাক্তকুগী চফুশাবা থুনগং হায়না লৈশেম্লকপদগী লৈরবা কাওলুপি

অহু নোংগীবু থেংঙ্গা-ও কৌএ। থেংঙ্গা-ও কৌববু পোইরৈ তাবু থিবনা কাং-ও থোরৈএ। চীংখোং পোইরৈতোননা য়াংলৈ তাউবা মহুইথৌ চীংগী কাংজা তোরোকও কৌএ। চীংখোং পোইরৈতোন্না শেনবী শিদবা কবো নাদববু খুন থিরকপদা শমু তাংজা মখোঙ-শুনবু তাইনা খাইনা চৎলমএ অহু নোংগীবু তাংসা-ও কৌএ। কবো মথল অমদি চীংখোং পোইরৈতোননা মতৌ লৈমবু চেন্না য়োৎপী চৈতু মথৌ কুমনা খুয়া থৌবী মরাক চাম নোংপোক মখৈ ফংনা খুন্থিরকপদা চংবী লারাক শেৎপবু থোহু মুংলক্তা লাকোন শানা হুরকএ। ময়ুম শেনবী কবোনা চামলৌ লাবু তোং-ও কৌএ। অহু

---

খুংমচা থেংনবগী থেংঙ্গা কৌববু মৈতৈনা চৎনবা অশঙ্বা রাইহেদা কাং হায়না কৌনরে। চীংখোং পোইরৈতোননা মাগী হুই অথৌবা অহু চীংগী লৈবাক লৈখোমদা তৈবা অহুগী দমক মকম অহু তোরোক কৌই। অহুদগী চীংখোং পোইরৈতোননা কবোদা শিদবা নাদবা মকম থিরকপদা মখোঙগী লম্বী খাইদোকনা মকম নাইনা খংনা চৎলি মরম অহুগী তাংসা কৌই। অমুক কবো খুনগং অমা য়োরবদা চীংখোং পোইরৈতোন্না মতৌমা লৈমগা লোয়নননা লাকপদা চৈতু মতোন্দা হাম্না য়োৎপী মথৌ কুমলে, খাং নায়ে, চৎপগী খুয়া পারে। নোংপোক্রমগী লৈখৈ ফংনা খুন্থিরকপদা চংবী লারাক শেৎলগা মুং মরক্তা লা মকোন শানা হিদোক্লকই। ময়ুম কবোনা লাবু তোং কৌই। মরম অহুগী তোংছ লৈময়ায় কৌই। অহুদগী কবো খুনগং অমা অমুক

---

হায়বা য়াই। খুংকাম্নী কাম্না অসি লমলক্তা লৈবা লাই ফত্তবা লৈবা তাম্থোকপনি হায়বা থওনৈ। মানা তাংজা থোঙ্গুন খাইদোক্লা হায়বদি মানা লাক্লিবা লম্বী অহুদ্দা থূদম তৌরম্বা অমুক লাক্লবস্থ য়োরমই য়োরমং-দে থওনবগী অরৈবা পোৎনা থওবা ওয়বা খূদম তৌবনি। কবো হায়বা য়াকম অসিনা অমুক পোইরৈতোন অসি য়াম্না খুনা চীং অশঙ্বা লাম্থোক-ছুনা কবো ওম্পাক য়োথ্রে, নোংপোক্লোমদা পোইরৈতোম্না চংবী লারাক শেৎলগা মকোন শারকই হায়বদি মী য়াম্নবগী শম্থোকলকই। মাগী

মোংগীবু তোংদু লৈময়ায় কৌএ। শেনবী মথল অমদি লৈকাই লিপুন মকোল সাইনোন নাইবিদি চীংখোং পোইরৈতোন্না মতৌ লৈবগা খেকনা তৌনা হায়রমএ, খোকরাইও কৌএ। শেনবী মদাইমদি চীংখোং পোইরৈতোননা চীংবুরোই লাংওল্লকপদা খেকমন তৌমনবগী সৈন্দী মীরুমুং কবো মীয়াংতুংদা চঙলমএ, লাংজং-ও কৌএ। কবো মদাইমা শেনবী উপাইকোন লমন্দুংশি কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোন্না শেনবী মীরুমুং কবো মীয়াংতুংদা চংলবগী লৈমা লৈনৌতাবীনা শানৌ চীংখোং পোইরৈতোন ও ইপিংতানা শেন্দী শিদববু খুনথিল্লকপদি কবো মীয়াংতুংদা কয়ম চঙলম্বনো হায়না পাওমেন্না উবু পায়না কোয়া

খৌরক্কবদা য়ুম পয়েং লৈরম্বা য়েম্পাক মওংগী য়ুমশা অকোয়বা শাই মাইবা পয়েং লৈরম্বা অদু উবদা চীংখোং পোইরৈতোনপা মতৌবা লৈবগা খেকনা 'নাকনা য়ুম মওং অসি হায়দনরমই, মরম অদুগী খেকরাই কৌই। কবো খুনগং অতোপ্পা অমদা অমুক থুংলবদা চীংখোং পোইরৈতোন্না নোক খেবগী মরম্না য়াখল তৌহৌদবনা কবো মী কত্তবা মী সুংশিবা খওদবগী মফমদা চংলমই হায়বা মরমগী মফম অদু লাংজং কৌই। অদুদগী অমুক কবো খুনগং অমদা লাকই। মফম অদু উপাইকোন লমমুংশি কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোননা কবো মী কত্তবা মী সুংশি খওদবগী মফমদা চঙলম্বগী লৈমা লৈনৌ-তাবীনা ইনাও চীংখোং পোইরৈতোন ঐখোয় অনীনা শিন-নাদবা মফম থিরকপদ। কবো কত্তবদা কয়ম তৌনা চঙলুবনো হায়রদনা কপ্না

কাওলুপনা মুপী পিয়কই। য়া ওাংনবা সু'ঙাইবা হায়বা ডাওবা য়াবা লমদা পুকনিং সু'ঙাইবা নোকপা খেবা ভাইবং মীওইবগী মহৌশানি। শেনবী কবো হায়বা অসি শেনপী হায়বনি। খোকপা লৈপাক মমুংদগী সনা লুপানচিংবা খোকপগী মফম লৈবা অদুবু শেনবী কৌই। পোইরৈতোননা অমুক কত্তবা ঙাওনবা য়াদবা মফমদা চঙবনা অরাবা ওই। শেনবী মীরুমুং, কবো মীয়াংমুং হায়বদি মীগী লন-থুম লৌবা মীনম্বা কবো, মীবু লৌনম তৌরগা মফম ওইবা লন লৌবা

কপলুমএ। অহু নোংমীবু শেম্বী উপাইকোন লমহুংশি কৌএ। কবো মদাইঅদি চীংখোং পোইরৈতোননা শেনবী নাদবদু খুঙ্কিরক-পদা শেনবী মুতুম মুনা তুগুমএ, মরা-ও থোক্রেএ। কবো মদাইমা মোরে কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোননা অসাইতৈগী শেনবী মুতুম মু কবো বাউতুম বাউনা লৈগঙ্কনা উগনে হায়রুনা খোয়মা নারোনব-খ্রা লেকলমএ। মোরে-ও কৌএ। শেনবী মদাইমা তোম্ফাং-ও কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোননা অসাইতৈগী খোয়মা নারোনখ্রেবা লেকলম্ববু হয়েং কৌবা ইমুং শোয়রবদা মতোম মকাং হলরাইরক্লে

---

কপ্পা উপাম্বীদা কোল্লগা কপলমই। মরম অহুগী শেম্বী উপাই-কোন লমহুংশি কৌই। অহুদগী অমুক কবো খুনগং অমদা মোরে। চীংখোং পোইরৈতোননা শিদবা নাদবা মকম থিরকপদা কবোগী মী মুশিন মুশিন মুনা তুহনা লৈরমই। মরম অহুগী তুরা-ও কৌই। তুরাওদগী অমুক কবো খুনগং অমদা মোরকলে। খুনগং অহুবু মোরে কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোননা হাম্নগী (ওসাই হায়খিবা) মুশিন মুশিন মুনা ইমোৎ মোৎনা লৈরম্বা অহুদা উথিগনি খঙবিং-গনি হায়রুনা মায়ক শীংলক্না মরুমদা মী থাইদোকুনা অহিং লেক-লমই, মরম অহুগী মোরে কৌই। অহুদগী কবো খুনগং অমদা অমুক মোরকলে। অহুগী মমিং তোম্ফাং কৌবদি চীংখোং পোইরৈ-তোনা ওসাইগী খঙহন উহন্দনা নারক্না লোৎলম্বা অহুনা নোং-চাম্লকবদা মশাগী খোঙবুগা লোয়ননা ফাংনা হায়বদি মায়না নারক্লগী

---

মখয়ার লৌবগী থাকহৈবা লাং মহুং চঙলুরে। মুশিন মুশিন মুনা হায়বদি হামুক তৈবা মশা ইমোৎ মোৎপা অহুগা মু থকপা নরুগা নেশা ময়াই কাবা চাবা থকপা অহুনা রাম্হনুনা তুহনা লৈবা মরুম হায়রিবা লমগী মমিং অসিনা পোইরৈতোন অসি নোংপোক মায়গে-ন্দগী কবো লৈবাকী মথা পাংনা অমুক লাকই। তোম্ফাং হায়বগী মরম লেঙ্গা ফাংনবা হায়বদি মশা মতোমতগী খোঙবু মশা অমত্তা-ঙ্গা পুবচেল খোয়জেল তিন্নরবা হুংশিনরবা রা অমত্তা হেক্কোক্লমা

তোম্ফাং-ও কৌএ। কবো মদাইমদি ময়ুম শেম্বী কবোনা য়াংলৈ থক্কংবুদি হাই-ও কৌএ। চীংখোং পোইরৈতোন্না কুজওম্নে, অদু নোংগীবু হৈকু কৌএ। কবো মখল অমদি চীংখোং পোইরৈতোন্না চীংবুরোই লাংওল্লকপদা ময়ুম শেম্বী কবোনা লাবুদি তোং-ও কৌএ। মপৌ মকোন শানা পীওমলে তোংহু ও কৌএ। শেম্বী মখল অমা মকুশা-ও কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোননা শেম্বী শিদবা কবো নাদবাবু খুন্থিরকপদা ময়ুম শেম্বী কবোমা কোয়ৌ নোংলুপান অভোৰগা কাইরৈ ময়েল্লুপা শমু খুত্তা থুমনা চীংখোং পোইরৈতোন্দা কুজওমএ, অদু নোংগী মকুশা-ও কৌএ। কবো মদাইমদি লীক্লং

---

থুনগী থুমগং ভান্না হল্লকই। মরম অদুগী তোম্ফাং কৌই। মকম অদুদগী ( তোম্ফাং থুনগংদগী ) লাকপনা অতোপ্পা কবো থুনগং অমদা থুংলুরে। কবো লৈবাক্কী মরোম্দা য়ু থক্কংবু হাই কৌই। চীংখোং পোইরৈতোনন্না য়ু থক্কং পীরমই। মরম অদুগী লম অদুবু হৈকু কৌই। অদুদগী কবো থুনগং অমদা অমুক থুংলুরে। কবো লৈবাক্কা লাংবুদি তোং কৌএ। লাবু কোনশিল্লগা মপুন কোল্লগা পীরমই, মরম অদুগী তোংহু কৌই। কবো অতোপ্পা থুনগং অমা লাল্লকপদা মকুশা কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোননা কবোগী লৈফমদা কবোগী চংনবী লমচং থিরকপদা কবোনা মপুক সুংভাইরহনা লুপাগা লোয়নবা য়েনগা থুম পুম্নমক্না চীংখোং পোইরৈতোনগী মখুত্তা পীরে। মরম অদুমা লম অদু মকুশা কৌই। কবো থুনগং অমদা অমুক য়োরবদা লৈমা

---

মহাক্কী ঐহাক্কী নাইদবা পুকচেল থওনরবা খোঙবু অদু মথৈত্তা লাকপা। অতেপ্পা মী য়াওদনা তশেংনা মশাগী খোঙবু অদুবু তোম্ফাং কৌই। কুজওমএ হায়বদি মরমদা পোইরৈতোনপা লাকমিন্নবা কাওবুগী নিংত্তোন থাজরম্বা। অমনা তোংহু হায়বদি লাক্লিবা কাওলুপ অদুনা থুনদগী মৌ লোয়রকপা। চীংখোং পোইরৈতোন্না খুম্থিরকপদ, কুজওম্নে হায়বদি নিংত্তোন পীরকপা, সুপা পীরকপা, য়েন পীরকপা অসি চীংখোং পোইরৈতোন্দা হায়রগা মাগী খোঙবুদসু অদুমক থওনৈ। হৌজিক

কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোনগা মতৌমা লৈমা লৈনৌ তাবীগা লাইজা শাক্তেংববু লুনা হেন্না লৈগম্মে. লীকং-ও কৌএ। শেম্বী মথংলমদি মায়া চীংতোম্পোক কৌবদি লৈমা লৈনৌ তাবী মশানৌ পোইরৈতোনবু খোমলেন মংলানচাম্বা থংনারএ, অদু নোংগী মায়া-ও কৌএ। শেম্বী মদাইমদি চীংখোং পোইরৈতোননা শেম্বী শিদববু খুম্থিরকপদা ময়ুম শেম্বী কবোনা রাংলেন মপুংচাবু রাংনা তিং তিং য়েরবদি তিংম্রাংসা খুনথক-ও কৌএ। নেমনা য়েরবদি তিংম্রিংসা থুনথা-ও কৌএ। কবো মদাইমদি চীংখোং পোইরৈতোননা শেম্বী শিদববু খুম্থিরকপদা

---

লৈনৌতাবীনা পোইরৈতোনগা ঈশিংদা শেংনা ইরুজখোল্লগা লুনা হেন্না লৈমিন্নরমই হায়রবগী মকম অদু লীকং কৌই। অদুদগী কবো খুনগং অমা লাল্লক্লবদা লৈমা লৈনৌতাবীগী খোমলেন মংলানচাম্বা মশানৌ চীংখোং পোইরৈতোনবু লৈমিন্নজিনবৈগী মতৌগুম্না কাউনপ্রবা মীওম্বা নৌ খঙনরমই হায়বা মরম অদুগী মকম অদু মায়া চীং-তোম্পোক কৌই। শেনবী কবো খুনগং অমা অমুক থুংলবদা কবোগী শিদ-নাদবা মফম থিরকপদা ময়ুম কবোনা পুং য়েবদা রাংনা হায়বদি মখোল হৌনা তিংখংতুনা কয়া য়েবা মকম অদু তিংম্রাং খুনথক কৌই। মখোন নেম্না য়েবা মকম অদুবু তিংম্রিংসা খুনথা কৌই। অদুদগী অতোপ্পা খুনগং অমদা অমুক লাল্লবদা শিদ-নাদবা মফম থিরকপদা শেম্বী কবোনা মুশুক মুনা জগোই শারমই, অদুগী

---

হায়রিবা অসিগী মথক্তা হায়জিবা চীংখোং পোইরৈতোনদা কবোনা কুজঙমএ হায়বা অসি কুজবা হায়বদি সুপাদা সুপীগা লোয়নমা পীবা পোং অদুবু কুজবা কৌই। অতুগা সুপী য়াওদনা পোং পীবা চুম্না সুংশিনবগী অদু ওইরবদি কুবিবা হায়পদবনি। অদুগা য়ারম অমা কবোগী লুমচং চংনবী অদুসু থি হায়রি। অসিনসু মরম ওইদুনা পোইরৈতোনগী কাওবুদা কবোগী মৌ পীরকপগী য়ারমনি. লাইরিকনা পাউমৌ তৌবনি। য়াকম অসিদা কবোদা পুং তাম্বগী য়াকম কবোনা পুংয়ৈ হায়বসিনা মরম ওইদুনা হয়াউ কুম্মৈ তৌবা অসি পোইরৈতোন্না

শেম্নী মুহুম মুনা লোয়শনমএ, তুনোয়-ও কৌএ। শেম্নী মখলমদি চীংখোং পোইরৈতোননা লাংওল্লকপদা মন্নুম শেম্নী কবোনা থকনবু হাই-ও কৌএ। চীংখোং পোইরৈতোম্না লৈরকএ, হাইরো-ও কৌএ। শেম্নী মখলমদি চীংখোং পোইরৈতোম্না শেম্নী শিদববু খুম্বিরকপদা খোরমা মারোনমুদা শেম্নী লম্মোইবগা চীংখোং পোইরৈতোনগা কোরো ফুংথিল পোপোপ্পদা শং শং ওক্লরে শং শং কৌএ। শেম্নী মখলমদি চীংখোং পোইরৈতোননা চী-বুরোই লাংওল্লকপদা মন্নুম শেম্নী কবোনা তেকপী মওকচাবু তোংজ্রএ, ওকতোং কৌএ। কবো মদাইমদি চীংখোং পোইরৈতোমনা চীংবুরোইবু কেলমা লাংওল্লকপদা

---

মকম অহু তুনোয় কৌই। অহুদগী কবো খুনগং অমা অমুক য়োরকলে। মন্নুম শেম্নী কবোনা থকনবু হাই কৌই। থকং অহুবু চীংখোং পোইরৈতোননা লৈরকই, মরম অহুগী হাইরো কৌই। কবো খুনগং অতোপ্পা অমদা অমুক য়োরকলবদা শিদ নাদবা খুম্বিরকপদা নারক: কবো লম্মোইবগা চীংখোং পোইরৈতোমগা নোংমা ফুমিং অমদা ফুংথিল পোবোপ্তা শং শংমা ওক্লরে হায়বগী মকম অহু শংশং কৌই। কবোগী তোঙানবা খুনগং অমদা অমুক চীংখোং পোইরৈতোমনা লাকলবদা মন্নুম কবো জাং অমনা মাগী ওকপু তোংখংতুনা লৈরমই। মরম অহুগী ওকতোং কৌই। মকম অহুদগী অমুক কবো খুল মকম অমদা চীং তম পুন্নমক থুংনা চংলগা লাক্লকপা মকম চীংখোং পোইরৈতোননা কবো লৈবাক্কী শিদ-নাদববু থিরকপদা মন্নুম

---

হৌদোকপগী রাজমনি। মুহুম মুনা মুগুক মুনা হায়বদি অমম্বা শায়বা জগোই মিংনা লোম্না য়েংবা তুমিন্না য়েংবা জগোই পুকন্না কাউবা য়াত্রবা জগোই শারমই। শংশংনা হায়বদি থাজেশেংনা শং শংনা শদা লেংদনা লৈবা। শংশং অশংবা অশোঙবা মরক্তা ফুংথিল হায়বদি মমুংগী অথুপ্পা ভগায়না জলেংনা হায়রৈ। কেনবা হায়বদি উনা কেনবা থঙরৈ। কেলনা হায়রবদি অরৈবা পুন্নমক লোইনা হায়রবদি কবো লৈবাক্কী চীং-তম হেক লৈবা মকম পুন্নমক থুংনা

শেম্বী মদাইখদি চৌংথোং পোইরৈতোননা শেম্বী শিনবা বরো মাদ-বমু খুম্থিনকপদা মখুম শেম্বী করোনা চৌংথোং পোইরৈতোনবু শেম্বী মপাচা ময়েল্লবু থাজিক্লবগী অপাঙ কৌএ। অদু নোংগীবু পনসা-ও কৌএ। করো মথলমদি চৌংথোং পোইরৈতোমনা চৌংবুরোই লাং-ওল্লকপদা করো মথলমদি চৌংথোং পোইরৈতোননা চৌংবুরোই লাং-ওল্লকপদা মতৌ লৈমগা লাইন্না ঈবা সাম্বেংলম্বগী লুনা হেন্না লৈ-রমএ, অদ্র ও কৌএ। শেম্বী মদাইমা পনসা-ও কৌবদি চৌংথোং পোইরৈতোননা খুনবী পোংমচন খুম্নুংথোই চথা অরিবন। মপান্নি করোনা চৌংথোং পোইরৈতোনবু করো মপা-নচা শাপৈ-নাত্তে পুন্ন-মন্না চান্না লুনা তৌরবগী মকম অদু অপাঙ কৌই, মরম অদুগী পনসাসু কৌই। করো মথল অতোপ্পা খুনগং অমা অমুক চৌংথোং পোইরৈতোননা য়োরকলে। মতৌমা লৈমগা ঊশিংদা ইরুজরম্বগী কজনা লু হেন্না লৈরমই হায়বগী মকম অদুনু অদ্র কৌই। অতোপ্পা করোগী পনসা কৌবা লম অমগী চৌংথোং পোইরৈতোন অচৌবা খুনগংগী মকোক লুচিংবা অহন খুন্থোক অহনবনা মচা নিপা হুপী পান্না পান্না কপলমই, মরম অদুগী পনসা কৌই। করো খুনগং লাংওল্লকপা হায়বদি মপোক অমুক হল্লকপা। লাংওল্লকপা হায়বদি মকম অমদগী অমুক মকম অমদা হোংলকপা। অপাও হায়বদি করোগী কাওলুপ অরাপ্পদগী ফোবা পাউ পীবা মী য়ান্না লাকপা পরেং শানা মচা পনবা, মরম অদুগী পনসা কৌই। খুনথোক অহানবা হায়বা অসি পোইরৈতোনগী মথাং অহানবদসু মী খুন্নং-লমএ। মীওইবগী লমচৎ অকবা হৌদোকপা অহানবা পোইরৈ-তোননি হায়বনি। মরম ওইদুনা লাক্লিবা পোইরৈতোন অসিদি মীওইনা পোকপা মপোকনি। পনসা হায়বা খুনগী মমিং অসিনা পোইরৈতোন অসি মৈরম পাংবা করো অম্বাক্তা য়োরকলে। চৌংথোং পোইরৈতোননা কুজমএ হায়বা অসি পোইরৈতোনগী কাওবুদা লুরাংলকপনি। লাক্লিবা কাওবু অদুসু মীগী মপোক্তা পোকপা অদু

মযোমলোনবু পন্না পন্না কপলমএ, পনসা-ও কৌএ। কবো মখল অমা হাইমুও কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোননা চীংবুরোই লাংওল-লকপদা মমুম শেম্বী কবোনা খরুংবু হাইও কৌএ। চীংখোং পোই-রৈতোন্দা কুজমএ হাইমু-ও কৌএ। শেনবী মখলমা তুমু ও কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোননা চীংবুরোই লাংওল্লকপদা শেনবী মুতুম মুনা তুমলমএ, তুমু-ও কৌএ। কবো মখলমদি চীংখোং পোইরৈতোননা চীংবুরোই কেম্না লাংওল্লকপদা শেনবী শিদবগা কবো নাদবগা খুম্বি-রকপদা কোরৌ চিনতুম চিন রাংবন মংতুম মংলোএ মংসা-ও কৌএ। শেনবী মখলমা খাবলৌ তাংখুল কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোন্না লোইবী শিদবা হেম্বা নাদববু খুম্বিরকপদা লোইবী মমুমনাক শেম্বী মশাই-কোন্দা তাংলমএ, তাংখুল ও কৌএ। মখোয় মরিন করম খাবমো

---

অতোপ্পা অমা হাইমু কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোন্না চীং অমদগী লাল্লকপদা মমুম কবোনা খরুংবু হাই কৌই। চীংখোং পোইরৈ-তোন্দা খরুং পীরকই, মরম অতুগী হাইমু কৌই। শেনবী কবো অতোপ্পা খুনগং অমা য়েৌমদদা তুমু কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোন্না কবো খুনগং অমদগী লাকপদা মুতুম মুনা মুশিন মুমা ইমোং মোংনা তুমলমই, মরম অতুগী তুমু কৌই। অতুদগী অমুক কবো খুনগং অমা লাম্লে ক্লগা শিদ নাদবা মকম থিরকপদা ইথঙ থঙহৌদনা নোংথক্তগী মোং হৌরক্লগা ফুংশা শারিতৈদা নোং মংলকই, মরম অতুগী মংসা খুন কৌই। অতুদগী খুনগং অমা লাম্হোক্লগা খাবলৌ তাংখুল কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোন্না চীংগী শিদবা হাওগী নাদবা খুম্বিরকপদা কবোগী

---

পোইরৈতোন কৌই। চীংখোং হারব দ কাঙলুপ অচৌবগী মপু চীংখোং কৌই। লাক্লিবা মীয়াম অচৌবা কাঙলুপ অসিগী মপু চীংখোং পোইরৈ-তোন কৌই। অতুগা পোইরৈতোন অসি কবোগী খুনগং খুদিং অসিদা কোয়না খুন্দাকম থিবা অসি খুনগং মুংতাইবা অমদা মতম খরা কুইনা লৈবগী মরম নিংতোল লোবা থাজবা অতুম্না লাকই। মুতুম মুনা তুমলই হারুখলিনা মরম ওইহনা চীংখোং পোইরৈতোন অসি তুমু হায়বা খুলগী

খাবলো তাংখুল-ও কৌএ। শেনবী মদাইমা চীংলেন নাপোম্মদি তাখাও লৈ কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোনপা মতৈ লৈমা লৈনৌ তাবীগা শেনবী শিদবা কবো নাদববু খুন্থিরকপদা চীংখোং পোই-রৈতোননা মতৈ লৈমবু সরেন য়েক্তা পাম্বববু কারংএ, অদু নোংবু শেম্বী তাইজিংলেন কবো তাখাও লৈ ও কৌএ। লোইবী মখলমা খোংবা খুন্নেন ও কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোন্না লোইবী শিদববু খুন্থিরকপদা লাইজা ঈশিং চাউরমএ হায়না থোঙ্গু সুংখিংববু পক্লা চেন্নে, খিংবা ও কৌএ। লোইবী মখলমদি চীংখোং পোইরৈতোন্না

---

খুনগং অমদা চীংমীদা তাংন্থনা লৈরমই, মরম অতুগী তাংখুল কৌই। অমবু কন্তবা মরিংজেল খাবা তাংখুলগী লোশঙদা লৈরমই, মরম অতুগী খাবলো তাংখুল কৌই। কবো খুমগং অমা চাং নাপোম রাংমদা তাখাও লৈ কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোননা মতৈ লৈমা লৈনৌতাবীবু শিদবা নাদবা খুন্থিরকপদা মতৈমা লৈমবু মথুং য়েংনা পায়হনা চীং কাখৎমিন্নখি, মরম অতুগী শেনবী তাইজিংলেন কবো তাখাও লৈ কৌই। চীংমী খুনগং অমা খোংবা খুন্নেন কৌবদি— চীংখোং পোইরৈতোননা চীংগী শিদবা মাদবা মফম খুন্থিরকপদা লম্বীদা ঈশিং চাউরমই। মাংদুদা সুংনা পন খিংলগা লান্থোক্লকই। পন অদু ঈশিং পক্লা চেল্লি হায়বগী খোংবা কৌই। চীং অমা অমুক

---

মমিংনা কবো তম্পাক মথা মৈরম পাংবদা কোয়না চৎলি হায়বা থগৈ। চীংখোং পোইরৈতোন অসিনা খাবলো তাংখুল হায়বা চীংমী খুলগী মমিং অসিনা চীংদা অমুক কারে, চীংগী অরাং পাংনা চীথৈ পাংনা লাকংল। পোইরৈতোননা লৈনৌতাবীবু চিঙ্খৎলি হায়বা মফম অসি নোংপোক চিথৈ পাংবদা লৈবা মৈতৈ লৈবাক নমলোন্দা লৈবা চাংজাউনি হায়বা তাইজিংলেন হায়বা খুলগী মমিং অসিনা থগৈ। চীংখোং পোইরৈতোন অসিনা নোংপোকী কবোগা তাইনবা চীংদা কবোবোম থংবা মায়পৈদগী অরা লমদা বাখৎলকই হায়বা খোংবা হায়বা খুল মমিং অসিনা থগই। চীংখোং পোইরৈতোন অসি অরাং মায়পৈদগী

খোইযোম লৈপুংখোন অরাংবা খংগী য়াওথোই চীংবু চীংলম কাংয়োপোক তানবদা লৈমা লৈনোতাবীনা মশানৌ চীংখোং পোইরৈতোনগী চৈরৈ ফিজিতোনবু লামনা লায়না কাখিএ, মরাম কৌএ। হেন্না মদাইমদি চীংখোং পোইরৈতোন্না চীংবুয়োই তম্বু কেন্না খুনখিরকপদা তংজা লিলাথি মুংকোক সরেন মৈনা মালেম লৈখুনম্নুদা চঙখিববু ওয়া ওয়া য়েংঙমএ, অঙম কৌএ। লোইবী মথলমাদ চীংখোং পোইরৈতোননা পোইরৈ শিদবা রাংঙম নাদববু হায়না চীংখোং পোইরৈতোনবু কেন্না খুন্থিরকপদা পোইরৈ শিদবা রাংঙম নাদবদি লৈঙমদে হায়না শেল্লোই মদাইমদা য়োংগী চৈশুবু মালেম লৈদা য়ুংনা খেরনএ, চীঙ্খ-ও কৌএ। লোইবী মথল অমা চথা ইতোক লান্নকপদা চীংখোং পোইরৈতোননা লাইনা থোনবা অরাংবা য়াম্না ওম্বা অচৌবা অখোইবা চীংবু চীংলম্বীদা চীদোন লোম্না কারকপদা লৈমা লৈনোতাবীনা মশানৌ চীংখোং পোইরৈতোনগী ফিজি মতোনবু লামনা লামনা কাখয়ে, মরম অহুগী মরাম কৌখি। অহুদগী চীংখোং পোইরৈতোননা চীংমী খুনগং অমা তাম্না চীং থুদিংমক চিখদনা লাকপদা লিন তংখিবা অশাংবা মমৈগা লোয়নদা মকোক্না হান্না লৈম্নুংদা চঙখিবা অহুবু অঙম্বা চীংদা য়েংলমই, মরম অহুগী চীং অহু অঙম কৌই। অহুদগী চীং অতাপ্পা অমদা চীংখোং পোইরৈতোননা নৈতৈ লৈবাকী মম্নুং চনবা চীং মরাম অসিদস্থ পোইরৈ মৈতৈগী শিদবা নাদবা মফম লৈরমদে হায়না নোংপোক চীংগী চীংশা অমদা মথুত্তা পায়বা চৈশু মচীন্দা য়োং হাপ্পা অহু য়ুংলগা খৈরম্মী (চিংলমই) পনককুকম অমা ওইনা খৈরম্বগী মফম অহু চীথে মুংশিংলম পাংনা লাকলে হায়বা অসি মরাম হায়বা খুলগী মমিং অসিনা তাকই। অঙম চীংমী খুল অসিনা খঙনবা পোইরৈতোন অসি মুংশিং-লমদগী নোংপোক মায়গিদা মৈতৈ তম্পাকলোম থংবদা লাকলে। চীংখোং পোইরৈতোন অসিনা চীথে চীংদগী মথা পাংনা মৈতৈ লৈবাকী নোংপোক থংবা চীংদা মথং মথং লাকই। চীংখোং

খুল্লেন কৌবদি চীংথোং পোইরৈতোননা লোইবী শিদববু খুস্থিরক-পদা লোইবী শিদবদি লৈগুমদে হায়না তোকলম্মে, চথা ইতোক খুল্লেন-ও কৌএ। লমলেন মদাইমা লৈনৌত্তাবী পাপোল লুথোং চীংও কৌবদি চীংথোং পোইরৈতোননা পোইরৈ শিদবা য়াংগুম নাদ-ববু লৈরিগবয়া হায়না খুস্থিরকপদা মতৈ লৈমগা পাপোল লুথোংনা কুমলকএ, অচু নোংগী লৈমা লৈনৌত্তাবী পাগোল লুথোং চীং কৌএ। য়াইয়ংউ চীংমৈ কৌবদি চীথোং পোইরৈতোন্না পোইরৈ শিদববু খুস্থিরকপদা মতৈ লৈমনা চীংলেন নাপোম অসি শানৌ চীংথোং পোইরৈতোন ও লরাই য়ুপ্পাকোই য়ুনারেক চিবা মৈশাংববু করম মান-বনো চীংলেন মমৈ মাল্লে, অচু নোংগীবু থম্বী মৈয়েক চীং ও কৌএ।

---

কৌই। অচুদগী চীং অমা চথা ইতোক খুল্লেন কৌবদি চীংথোং পোইরৈতোননা চীংগী শিদ-নাদবা মফম খুস্থিরকপদা চীংগী শিদ-নাদবা মফম লৈত্রে হায়না তোক্লমএ, মরম অচুগী চথা ইতোক খুল্লেন কৌই। লম অকবা অতোপ্পা অমা লৈনৌত্তাবী পাপোল লুথোং চীং কৌবদি চীংথোং পোইরৈতোননা মৈতৈ লৈবাক্কী শিদ-নাদবা মফম খুস্থিরকপদা মতৈমা লৈমা লৈনৌত্তাবগা পোং কোকুথোং পুরদুনা কুমলকই, মরম অচুগী লৈনৌত্তাবী পাগোল লুথোং চীং কৌই। য়াইয়ং চীংমৈ কৌবদি চীংথোং পোইরৈতোননা মৈতৈগী শিদবা নাদবা মফম খুস্থিরকপদা মতৈমা লৈমনা চীংলেন নাপোম অসিদি শানৌ চীংথোং পোইরৈতোন লোরাইগী লোফমদা লৈবা নায়েকপা উচি মমৈ শাংববু করি মমাল্লো উচি মমৈ মাল্লে হায়বা অচুগী থাম্বী মৈয়েকচীং কৌই।

---

পোইরৈতোন অসি চীংদগী অমুক নৈতৈ লৈবাক্কী নোংপোক থংবা মায়-গৈদগী মৈতৈগী তম্পাক য়েংদুনা কুম্লক্লে, নোংপোক মৈরম পাংবা চীংদগী মৈতৈগী তম্পাক য়েংনা চীং অয়াংবদগী লাক্লে। মী ময়াম লাকপগী য়ানা লাক্লবল্লু লাকমিন্নবা ময়াবগী হৌনবা লম য়েংদুনা লম কোয়বগী হুংঙাইবা ওইনা লাকই।

মরিং খমতোময়া কৌবদি ময়ুম লোইবী মরেমনা চীংখোং পোইরৈতোনগী মরন মথুম য়াওমএ, অছু নোংগী চথা য়াবীরোক কৌএ। কাংরাই কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোননা লোইবী শিদববু খুন্থিরকপদা লোইবী মচেং অমা কাংনা কাংনা য়েংলমএ, অছু নোংগীবু কাংরাই কৌএ। হেন্বা মদাইমা খুন্থে কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোনন চীংবুরোই লাংওল্লকপদা ময়ুম লোইবী মচেংমানা থৈনা লৈওমএ, অছু নোংগী খুন্থেও কৌএ। হেন্বা মদাইমদি চীংখোং পোইরৈতোননা চীংবুরোই লাংওল্লকপদা লৈমা লৈনৌতাবীনা অরা হুইশোন থৈনিকলবগী হেন্বা মদাইমদা লোংনা কাইনা হিপলমএ অছু নোংগী করাং-ও কৌএ। লমলেন মদাইমদি নোংপোকলো

---

মরিং খমতোনয়া কৌবদি ময়ুম চীংমীনা চীংখোং পোইরৈতোনগী মরন মথুম লোবা মরম অহুগী চথ য়াবিরোক কৌই। কাংরাই কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোননা শিদবা নাদবা মকম খিরকপদা চীং মচেং অমা য়েংবদা খুনিং কাংনা কান য়েংলমই, মরম অহুগী কাংরাই কৌই। চীংমী খুনগং অমা খুন্থে কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোন্না চীং অমদগী লাল্লকপদা চীংমী খুনগং মচেং অমা তোংওান্না থৈদোক্নুনা খুন তারমই মরম অহুগী খুন্থে কৌই। অহুদগী চীংমী খুনগং অমদা চীংখোং পোইরৈতোননা লাকপদা লৈমা লৈনৌতাবীনা চীংদা লাকপগী অরা-বনা হকমনথিবনা মশা অহু নিক্লহুনা চীংতুদা লোম্বাক্লোংনা হিপলমই মরম অহুগী করাং কৌই। অহুদগী লম অফবা মখল অমা নোংপোক্লো

---

চীংমী মরিংনা চীংখোং পোইরৈতোনগী মরন মথুম য়ারমই হায়বাসিগী মরম য়ানাবা পোং লৌখোক লৌশন তৌনবা রা ঙাংবদা নিংথি-সুংঙাইনা হায়নবা য়ানবা অরাং-অপা লৌনবা অঙম্বা মতেং পাংনবা। চীংখোং পোইরৈতোন অসিনা নৈতৈগী তম্প্যাক তাম্না লাকপদা লম্বীদা চীংমী খুনগং অহুদগী চীংখোং পোইরৈতোন অসি চীংখোং চীংয়াদা য়োরকলে হায়না নোংপোক সেকমাই ইনমশেং হায়বা অসিনা মরম

সেকমাই ইনমশেং কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোননা চী·বুরোই লাং-ওল্লকপদা লোক·লো নমথু ঈ পাখং সরেন ঈ হুমাং শেংকোই ঈ হৌরক্লবগী লাইজা ঈদা মনম মথা শেংলমএ, অদু নোংগীবু নোং-পোক-লো সেংমাই ইনমশেং ও ত্তোনা কৌএ। লমলেন মদাইমদি চীংখোং পোইরৈতোননা চীংবুরোই লা ওল্লকপদা চকমোম খাম্বী মৈরম ইম্না চঙলমএ, মৈচঙ ও কৌএ। লমলেন মদাইমদি চীংখোং পোইরৈতোননা তা ঙ্গা মখোঙগুনবু ইম্ন চঙখিরে খুলই ও থোরেএ। লোইবী হাওত'রো লোচীংকৈ কৌবদি চীংখোং পোইরৈতে'ম্না লোইবী শিদববু খুম্থিরকপদা চকপা অঙাংগী সেরাই সেনজাউ পানপোক

---

সেকমাই ইনমশেং কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোম্না চীং অমা লাম্থোক-লকপদা হুমা·না হকচাং তুখোঙ পুম্নমক চোংলবা হুমাং ইহৌরক্লবগী ঈশিংদা মনম-মথা শেংলমই, মরম অদুনী নোংপোকলো সেংমাই ইনমশেং কৌই। অদুদগী লম অমা অমুক চীংখোং পোইরৈতোননা লম্বীদা লাকপদা লম্মৈ চাক্লম্বা মৈগী মরম ইম্না চঙলমই, মফমদো মৈচঙ কৌই। অদুদগী অফবা লম অ দ। য়োরকলবদা চীংখোং পোইরৈতোননা লৈরম্বা খোঙ লম্বীগী মতু' ইল্লি অদুগী খুনই হায়বা মমিং থোল্লম্মা। অদুগী লোইবী হাওতা·লো লোচীংকৈ কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোননা চীংগী শিদবা নাদবা মফম খুন থিরকপদা চকপগী অঙাংগী সেরাই সেঞ্জাউ পানপোক লাই কৌবা য়াওস্থ খুন্দোলগী

---

ওই। চকমোম খাম্বী হায়বদি মৈ চাকপা। মৈরম ইম্না হায়বদি মৈদা কংপা হৌনবা পোচ্চং মৈ চঙলমই হায়বদি মৈদা কংলমই, থৌনি-রমই, হায়বনি। অফবা লম ১দা চীংখোং পোইরৈতোন্না লৈরম্বা খোঙ-লম্বীগী মতুংইম্না চংখি হায়ংসি লম অফবা মফমদা লৈরম্বা মীশিংগী অফবা লমচং অদুবু মতুংইম্না কৌবা য়াবা অফবা শাজং লমচং য়াঙাং ফিজেং চাকচানচিংবা পুম্নমক লম অদুগী মতুংইম্না চংপা অদুগা খুনই হায়বা মমিং অসিনা লনচং ফজবগী অখোইবা খুনগং অমনি হায়বা

লাই, মাওস্থু খুন্দোন লাই কোরি পান্দ্রন লাইবু লাইকারে, লয়াই নম্বা চোকলে। কোকপালগোং থোম্বা থেংগা হৈকোই নিংথম চল খুয়া থমলোন স্থু চুবা ঙাইচা যেক খুও মুচেং লাউদ্রবগী চীংথোং পোইরৈতোননা খাম্বী মৈবু নেমথম্বা থৌচু নুবু খুনেৎনন থুকউগা মতাংগা নমনা তয়াও তয়াও থাডলমএ. অদু নোংগীবু লোইবী হাওজা লৌচীকৈফ তৌনা কৌএ। হেম্বা মদাইমদি মতেন খুল্লেন কৌবদি চীংথোং পোইরৈতোননা তরা চাকপু লাম উনবী চফম হোংলবগী মমোইথাপ মনোইরেংবু য়োল্লমএ, অদু নোংগী লোইবী হৈময়োন খুলেন লৈ কৌএ। লাইবী মদ ইমদি চীংথোং পোইরৈতোননা চীংবুরোই লাংওল্লকপদা লাইজ ঈরাল্লকপবু থোঁচু নুং অশাংববু লৈওমএ অদু নোংগী মোইসাং ও কৌএ। লমলেন মদাইমদি চীংথোং পোইরৈতোম্মা

---

লাই মীবু ফাচনবা নৈবা কোনশনবা লাকসনবা লাই তোংলে। লাইনা তোংলবদা কোক লুম্বা হকচাং চেকথশা নিংথম চনবা চুবা চীকপা, মায় ঙাওবা, খুং য়াংডগেন চীংলবগী চীংথো পোইরৈতোননা খাম্বী মৈ হোগংলগা মৈ তকপদা নু পাক্সা ফমলগা থুকউ খুবাং চীকপগী নম্বা পাযবা লদুগা ল উবা লাউনা শরাব খাওলম্বগী লোইবী হাওজা লৌচী কৈ কৌই। চীংমী খুনগং অমদ মতেন খুল্লেন কৌবদি চীং-থোং পোইরৈতোননা তরা চাকপু লাম উনবী চফম হোংলবদা (পুক মথক মথা ওল্লবদা) লশিং মেইথাপ য়োল্লনই, মরম অদুগী হৈময়োন খুলেন-লৈ কৌএ। চীংমী খুনগং অমদা অমুক লাকপদা ঈশিংদা লাল্লকপদা নুং অশাবা লৈরনই, মরম অদুগী মফম অদু মোইসাং

---

তাকই। অদুগা লমং শাক্সং থওবা লমদম্থু চীংথোং পোইরৈ-তোননা অথওবা তাকপিরমই। চীংথোং পোইরৈতোনন লাই কারে হায়বসি হৌজক্কী মতমদা হায়রবদি অরুম লাক্লো তৌব ন।

অহানবদা মতেন খুল্লেন কৌরম্বদগী চীংথোং পোইরৈতোননা মোইথাপ য়োল্লম্বদগী মমিং অমা হৈময়োন খুল্লেন কোরে। চীংথোং

চীংবুরোই লাংঙলনপদা চীঙুং সরৈ লাবু চীংশাং নাকপক থনা হৌ-ঙমএ, অদু নোংগী নোংপোক সরৈচীং কৌএ লোইবী মথল অমা অনান খুনথক খুনথা কৌবদি চীংখেং পোইরৈতেম লোইবী শিনববু খুন্থোকপদা লাইঙা ঈরাইববু থৌচু নুং ইশং থাববু লৈরকএ, শমু মথুংতোনবু নান্থোকএ, অদু নোংগী অনান কৌএ। হেস্বা মথল অমা নামফৌ কৌবদি চীংখেং পোইরৈতোননা মসিন মরম কৌরমএ নাম্ফোঙ কৌই। অদুদগী চীংমী খুনগং অমদ অমুক লাকপদা চীংগী লা মথল অমা সরৈ কৌবা লনা চীংশাং নাকপক থন্না হৌরবই, মরম অদুগী নোংপোক সরৈচী কৌই। চীংমী খুনগং মথল অমা অমুক অনান খুন্থক খুনথা কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোননা শিদ' নাদবা মফম খুন্থোরকপদা ঈশদা লাক্লকপদা থৌচু নুং ইশ থাবা লৈরম্বগী মখোংগী খুদান নান্থোকই. মরম অদুগী অনান খুন (মথক মথা) কৌই। চীংমী খুনগং মথল অমা নামফৌ কৌবদি চীংখোং পোইরৈ-তোননা মপোং মচৈ মনমগন ফুংশা য়াংইবা ফৌরম্বা মরম অদুগী নাম-ফৌ কৌই। অমুক লম মফম অমা সেরৌ হংবাই কোন কৌবদি <u>চীংখোং পোইরৈতোননা চীং অমদগী লান্থোকপদা মতৌমা লৈননা</u> পোইরৈতোন অসি নোংপোক মায়কৈগী চীংখোং তম্বাক য়োরবদগী অমুক চীংদা কাথৎলগা মথা মায়কৈদা খুনথিবা হায়বা লমশিংগী মমিন থমই। চীং খৈদগী নৈরমদা নৈতৈ তম্পাক তাইনবা মফম চীংথক চীংয়াদা মাগী লৈকম থিরিবা মরম অসিন চীংখোং পোইরৈ-তোন অসি চীংদা লৈনিংবা চীংদা হৈনবা নত্রগ তম্পাক অসিন ঈশিং লৈবনা ওইগনি। অদুগা অহানবদসু নৈরম মায়কৈদ লাকপদসু মৈতৈগী তম্বাক তারমই। মরম অদুনা নৈরমদগী চীংখৈ য়োবা নৈতৈপা ববোগ তাইনবা চীং খুদিং শিখদনা খুন্থির। মথা লমগী য়োইমোংবা তুতে কোন অসি নৈতৈ তম্বাকনি নোংপোক নৈরন পাংবদা চীংখোং পোইরৈতোননা খুন্থোকলকপদা লাকপা অহানবগী মফমদা অমুক মৈতৈগী তম্বাক তাইনবা চীংদা খুন্থিরি হায়বা লম মমিং অসিনা থমলৈ।

কৌএ। লমলেন মদাইমদি সেরৌ হংবাই কোন কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোননা চীংবুরোই লাংওল্লকপদা মতে লৈমনা শানৌ চীংখোং পোইরৈতোন ও। নহান ইপিংতানা লোইবী তোকখিনপুং শমু তাং ইখোঙ্গুনবু মরেম য়াংন চীংদি অসিনে হায়ন শমু খুৎপু থিন্নাসেসে হায়না তাকলমএ, অহু নোংগীবু সেরৌ হংবাই কোন কৌএ। লমলেন মদাইমদি চীংখোং পোইরৈতোননা চীংবুরোই লাংওল্লকপদা ঐবু হয়েং লোইবী মথৌ ফংদে হেন্না মতোন ঙোমদে হায়রগনে। শমু তাংজা ইখোঙ্গুনবু মাঙদনা লৈশনে। হায়না থৌহু নুংহুব লুংলমএ, অহু নোংগী নুংখিল কৌএ। লমলেন মদাইমদি চীংখোং পোইরৈতোন্না চীংবুরোই লাংওল্লকপদা লাইজা ইচিল চিলওক্লববু লৈরমএ। চীংখোং পোইরৈ-তোন্না শাবি ইতৈ লৈমা ও। লাইজা ঈরোম্ন্দা থৌহু নুং ইশ থাংএ। শমু খুৎ নাম্নেংকনে তাংজা ইখোঙ্গুনবু ইল্লকও হায়না কৌনা কৌনা লান-

---

শানৌ চীংখোং পোইরৈতোন। লহান ঐখোয় অনীনা লাকপদা চীংগী খুনগং লোইবী তোকখিনপুং ঐখোয়না লৈরম্না মরেম য়াংবন চীংদি অসিনি হায়না সেসে য়েংউ হায়না খুদেনবী থিন্দুনা তক্লমই, মরম অহুগী সেরৌ হংবাই কোন কৌই। লম অকবা মকম অমা চীংখোং পোইরৈতোন্না চীং অমদগী চীং অমদা লাল্লকপদ। পোইরৈতোন ঐবু হয়েং মতুংদা চীং থুংনা চৎলমদে য়োরমদে হায়খিগনি। ঐনা চৎ-লম্বু লমী মাঙদনবা লৈসন্নু হায়না থৌহু নুং য়ুংলমই, মরম অহুগী নুংখিল কৌই। অকবা লম অমদ চীংখোং পোইরৈতোন্না চীং অম-দগী চীং অমদা লাল্লকপদা ঈশিং অচেনবা মকম লৈরমলে। চীখোং পোইরৈতোন্না হায় শাবী ইতৈমা লৈমা ঈশিং মঙ্গুংদা নুং ইশং থাংই

---

কবোরোম থংবদা মখোয়না য়োরম্বগী চীংদা মৈতৈ তম্বাক থংবা চীংদা য়েংবদা খুদম খঙলে। অম্নাংবা চীগী মথক্তা য়েংবদা মৈতৈ তম্বাক অসি লৈ হায়বা খঙনা খঙনা চীংগী লমদা মকম খুদিংমক চিখদনা হন্না হন্না খুন্থি। পোইরৈতোন্না চীদা চৎপা অসিদ। চীংনীগী কক্তবা

থিএ কৌবা ঈরোক থোরেএ। মালেম মদাইনদি চীংখোং পোইরৈ-তোননা লাইক্তা ঈবাল্লকপদা, থৌজু হৌশং থাংনা শমু খোঙ নাম্থোকএ অত্থু নোংগীবু তুনান ও কোএ। থৌজু নুংবৈ নুংকৌ কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোননা চীংবুরোই লাংওল্লকপদা তুরেন মোংবা ঈবু কৈনা তুপ্পা লাইক্তা ঈরাল্লকপদা থৌজু নুংবু পাম্না পাম্না থিংনা লাল্লকএ অত্থু নোংগীবু থৌজু নুংপায় নুং-ও কৌবনু পোইরৈ তাবু থিবনা থৌজু নুংপোং নুংঙ থোরেএ। লমলেন থম্লাংপা লমলান ইরেং পু লমলান কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোননা চীংবুরোই লাংওল্লকপদা মুক্পা মশা

---

নাম্থুগনি গ্রন খেঙ থবা খাঙক্মদা ইম্না লাকই হায়না কোনা কোনা লাল্লকই। মরম অদুগী কৌবা ঈরোক থোরেএ। লম অকবা মফম অমদা চীংখোং পোইরৈতোননা ঈশিং লাল্লকপদা নুং ইশং থাংবমা খোঙ নাম্থোক্কুনা তুরে মরম অদুগী তুনান কৌই। থৌজু নুংবৈ নুংকৌ কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোননা চীং অমদা লাল্লকপদা তুরেন তুবংবা ঈশিং লাল্লকপদা থৌজু নুং পাম্না পাম্না পন থিংনা থিংনা লাল্লকই। মরম অদুগী থৌজু নুংপায় নুং কৌববু মৈতৈনা অশপ্পা মাইদা থৌজু নুংপোং নুং কৌরে। লম অকবা মফম অমা থমলাংপা লমলান ইরেংপু লমলান কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোননা চীং অমদগী লাল্লকপদা শঙ অশাবা লৈরম্মা। শাক্তানবন পনকর-

---

মথুম্না লাকপদা মীবু লুনা তৌদ, মতে পীবা, খুন চাউখৎনবা হোংনবা, পুক্চেল চাউবা অসি তৌজিক ফাওবা তৌরি। চীংগী মীবু অফবা হায়বদি চীংদদি থাইদোকপ কত্তবা তৌদে, কবো তম্বাক্তা শেম্বী মীকপুং হায়বা কত্তবগী মফমদা চৎলুবকগী চংদা অমাম্বা লৈরে। তুরেন মোংবা ঈ হায়বা অসি তুরন অচৌবনি। অদুনা চীংখোং পোইরৈতোন অসি মথারমদা অমুক চৎপা ঐতৈ লৈবাক্তা মায়কৈদা চীং চিংথ নাম্থবা অমুক য়েংনা থুহিবকই। মৈতৈ লৈবাক্তা কবোগা তাইনবা মথাদগী চীংথৈ ফাওবদা লৈবা চীং অসিদা লোকচুং ঊচুং

শা শাত্তানবা মকাই কাও কুম শংলেন মাংলম লৈনা ঊপল পোপক্তেক লৈ চাকশঙ মোংয়ান পুইতিং ননাগুম শরাং শংলেনমা শানা কায়েং মোংকাইরম্বু কৌবা য়ায়রেকপদা থমলাংপা অমনবা ইরেংপু অকেম্বনা লানখিএ, অদু নোংগী থমলাংপা লমলান ইরেংপু লমলান কৌএ। হেম্বা মদাইগদি সারোল খুল্লেন কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোনমা পোইরৈ শিদবা হেম্বা নাদববু খুম্থিরকপদা তম্না চাকপু লাম ঊনবী চক্ষম হোৎলবগী থাংজি য়াইতোইলেন শারেন লৈকোই য়াংবা শাকু রালোং রালোং থম্না শরেন শাবু লোল্লমএ, অদু নোংগী সারোন কৌএ। লোইবী মথলমদি চীংখোং পোইরৈতোমনা চীংবুরেই

গুম্বা শঙ অচৌবমা মবাঙদা শাব মচুংদা ঊপম্না পোপকেক লৈরগা চাক থোংক্ষম লৈবা শঙ অচৌবা অমা লৈরমই। ঙসি অক্তংদি লেকঅদি হায়না লমলক অদুদা লেকলে। মাদুদ, অহুমমন হায়া লৈরম্বা অরিবনা শং অদু লাক্তকুমনা চৎখি হায়দুনা মক্ম অদুবু থমলাংপা লমলান ইরেংপু লমলান কৌই। চীংগী খুনগং মথল অমদা শারোল খুলেন কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোননা পোইরৈ শিদবা হেম্বা নাদববু করম্বা লৈবনে, হায়না খুম্থিরকপদা চাক লাম্মনখিবনা মপূক মথক মথা ওল্লহনে শা মতুপ মতুপ থাংজি শানা ককলগা ইরান থম্না শা থোংলমএ। মরম অদুগী (লম অদু) শারোন কৌই। চীংমী খুনগং মথক অমা চীংখোং পোইরৈতোননা চীং অমদগী লাকপদা চীং অচৌবা অরাংনা কংম্বগী চীংদোন লোম্বা তাল্লকপদা লৈমা লৈনাউ

থাক্তনা লীরবা থুনা ৎংগল হুযবা হাক্ষমশিং অসিনা থঙই। হারাম্বা অসিনা মৈতৈগী তম্বাকলমদা মথা মাইকৈরোমদগী নোংপোক তম্না লাকই। ইরান থম্না থোংলমই হায়না অসিনা য়েনশাং থোংবগী মঙং শেম্বা শাবা মথল মখেন থোদোকলকই হায়বা থঙবৈ। চীংখোং পোইরৈতোন অসিনা অরাংনা অনাবগী অকিবা লৈতনা মাগী মপূক্লোং থুংদবগী চৎপা অসি তংনিংঙাই ওই। মাইবা হায়বা অসিনা মরম ওইদুনা চীংখোং পোইরৈতোন অসিনা চৎলিবা অসি চীংগী লম থঙবা

লাংওয়নকপদা চীংলেম পলাং অরাংবদা থূপী য়াওখোই চীংবু চীংওম কা য়াওপোক তানবদা লৈমা লৈনাউ তাবীনা থোঙ মুংবু পায়না কোয়া কপলমএ, অচু নোংগী নূংকোল কোই। হেম্বা মদাইমা তোনসেল-ও কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোননা চীংবুয়োই লাংওয়নকপদা ইতৈ লৈমা ইপিংডানা লোইবী শিদবা হেম্বা নাদববু খুম্থিরকপদা লোইবী মাইবা অসিবু করম শোয়রবনো হায়না শোল্লমএ, অচু নোংগী তোনসেন-ও কৌএ। লোইবী মদাইমদি সাইরেম য়াংবীয়োন কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোননা মতৈ লৈমবু পাওমেন থিয়ে ইতৈ লৈমা নঙদি পোইরৈ শিদবা হায়ববু খুম্থিরকপগীনিনা চরৈ অয়িন তাম মাল্লো অশেং য়াংলে হায়না য়াওইখিয়ে। মতৈ লৈমনা মশানৌবু তাংজা ইকাইখিয়ে। হয়িঙৈদা ইকাইববুদি অয়াকপা-ও কৌএ। অচু নোংগী সাইরেম পক্‌শিরোন কৌএ। লোইবী মথলমা হেম্বা শাচুং পুং-ও কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোননা লোইবী শিদববু

---

তাবীনা য়াঙনগ্রবগী মুংবু পায়না কোয়গা কপলমই। মরম অচুগী (মফম অচু) নূংকোল কোই। চীংমী খুনগং অমা তোইসেন কৌবদি চীং অমদগী লাকপদা ইতৈমা লৈমা ঐখোই অমীনা চীংগী শিদবা নাদববু খুম্থিরকপদা চীংগী মাইবা অসিবু করম তৌনা শোয়রিবনো হায়না শোল্লমই, মরম অচুগী তোনসেল কোই। চীং অমা সাইরেম য়াংবীয়োন কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোন। মতৈমা লৈমদা হায়খি—ইতৈমা লৈমা নঙদি মৈতৈগী শিদববু খুম্থিরকপনিনা শেংনা ইমবা ফি য়াংলে হায়না হায়খি। মতৈগানা মনাউ নিপাবু ঊকাইখি। থায়না (হয়িঙৈগী মতমদা) ঊকাইববু অয়াকপা কৌই, মরম অচুদগী সাইরেম পকপিরোন কোই। চীং মথল অমা চীমী খুনগং শাচুংপুং

---

চীংমীনা লমচিংই হায়বা তাকই। কি য়াংলে হায়বা অসিনা থঙমবা মতম য়ামনা কুইনা চীংদা চৎপা মচাম্থু ৭ পোকখ্রে। চীংদা মতম য়ামনা হৌখি। চীংখোং পোইরৈতোন অসিনা মতম কুইনা অসিদা কনাগুম্বা চখোনবা পুকচেল কবা মী থেংনদে। মরম অচুনম্থু মাগী

## শাচুং নিংথৌনা পোইরৈতোন্দা মচা পুথিনবা তাকপিবা

খুন্থিরকপদা শাচুং নিংথৌ সকাং লাংমৈরেম্বনা পাঙ্কফুক পানথোকই লৌ শিংখা শিংথুম লৌদা লৌতাঙবদা পাউ হংখি। হয়িদৈঙদা পাখৌ কৌবদি ইচুমা-ও কৌএ।

হে ইচুমা নঙদি কনানো হায়না পাউ হংবদু হোয়দা ঐদি সাচুং নিংথৌ সকাং লাংমৈরেম্বনে পাউথুগখিএ। শাচুং নিংথৌনা হে ইচুমা ও নঙদি কনানো পাউহংখিএ হোয়দা ঐদি চীংখোং পোইরৈতোননে। শাচুং নিংথৌ নঙনা পানফুক পানথোকই লৌবু লৌতাংলিবা অসি কনানো শাগু শাবাগা য়োমলোই য়োনখাংলা পাউহংবদু হোয়দা য়োমলোই য়োনফাং নত্তে হায়রখিএ। য়োমলোই য়োন্নরিরোইএ। নতাক মখেল মাল্লে হায়খিএ। হোয় ইচুমা-ও শগু শাগনে থামা কোইয়োম তাংবনে কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোনা চীংগী শিনবদু খুন্থোকপদা শাচুং খুনগী নিংথৌ সকাং লাংমৈরেম্বনা পাঙ্কথাবা লৌকম শিং থাবা লৌফমদা লৌ শুরম্বদা রাহংখি। হয়িদৈঙগী মতমদা (থাম্বনা অচুম্বনি) পাখৌ (ইতাউ, মঙ্গাল) কৌবদি ইচুনা কৌই। পোইরৈতোন্না ইতাউ নঙদি কনানো হায়না হংলদা ঐদি শাচুং খুনগী নিংথৌনি, ইমিনা সকাং লাংমৈরেম্বা কৌই। অদুগা ইতাউ নঙদি কনানো হায়না হংবদা ঐদি চীংখোং পোইরৈতোননে। শাচুং নিংথৌ নঙনা পান থাবা লৌকমদা লৌ শুদ্রিত্রিবা অসি কনা কননো নচা নিংতোম্লগা অতেংপগা হায়না হংবদা শাচুং নিংথৌনা অহোংবা য়াঙদে হায়না হায়রবদা চীংখোং পোইরৈতোন্না হায়। অহেইবরা য়াংহৌদা হায়রবদা শাচুং নিংথৌনা চুমই ইতাউ পারে শানা থম্লবা নুপীমচা অসিনা ঐনা পোকপা ইচানুপীনি। অমা অতোইবা নিপামচা কাঙবু অসিনা ইচানিপা ঐনা পোকপা ঙাক্কনি হায়খি। অদুগা চীংখোং পোইরৈতোননা হায়, হে

অমাম্বা রাবনি। শাচুং নিংথৌ অসি মীওইবগী অকনবা মী অচৌবা লৌশিং লৈবা মীনি হায়বা মাগী মতাঙ তাদনা থঙলে। মীগী ফজবা তৌবা, থঙনবা মীবু থঙনবা তাকপীবা পুক্চেল শেংবা মীহুংশি থঙবা

ইমোম ইলুম নাউশংনে পারি তেংকোক লিয়ানে হায়খিএ। তৌই-
গীদি ইচুমা-গ ঐদি পারি খ'য়বা য়াম ইমোম তোকনা হকলবগী
পাউহংবনে হায়খিএ। তৌইগীদি ইচুমা-গ পারি কোলোয় মমিং
থোংদি কয়ি কয়ি কৌবনো হায়খিএ। হোয়দা পারি অমদি চথাখোং
অহনবা কৌএ। নওদি অচুগী সুকহোং সেইহোংবনে। পারি অমদি
সকাং য়াইথাবা কৌএ। নওদি অচুগী সুকাই লোইকাইবনে। পারি
অমদি লৈশং খেকরাইবা কৌএ। অচুগী হককেন সোইকেনবনে।
ইমোম খয়োইরোন মুরাহন হুয়াই কোংদিংমু অহনবী হাওচে লাংমৈমু
শাকবী কৌএ। নওদি অচুগী সুকহন শোইহনবনে হায়খিএ। মমাই-
বদি কয়ি কৌবনো উপন লেপ্পানে হায়খিএ। নওদি অচুগী সুকপান
ইতাও ঐদি ইচা নিপা নুপী কায়নবা য়াম্লে। মরম অচুনা চুংতাই-
তবগী হংলনি হায়রবদা শাচুং নিংথৌনা হায়রকই। ইতাও ইচাশিংগী
মমিংদি কয়ি কয়ি হায়না খোনবনো হায়রবদ চৌংথো পোইরৈ-
তোননা খুমলকই। নিপা অমদি চথাখোং অহনবা কৌই হায়রবদা
শাচুং নিংথৌনা ম'মং অচুনা পোক্লমলগা অমুক হনখিবনি। পোইরৈ-
তোননা ইচা অমনা সকা য়াইথাবা কৌই; শাচুং নিংথৌনা ম'মং
অচুনা কায়নবনি। পোইরৈতোননা ইচা অমদি লৈশং খেকরাইবা
কৌই। শাচুং নিংথৌনা অচুনা মশা ম'ওখিবা। পোইরৈতোননা ইচাচুপী
খয়োইরোন মুরাহন হুইয়াই কোংদিংমু অহনবী হাওচে লাংমৈমু কাবী
কৌই হায়রবদা শাচুং নিংথৌনা নাদি মরম অচুগী হুম্না হন্না পোক্লগা
শিবনি হায়খিএ। শাচুং নিংথৌনা নওগী মাইবদি মমিং কয়ি কৌবা
পোইরৈতোননা হায় উপলনোংদা কৌই হায়রবদা পোইরৈতোননা

---

শাচুং নিংথৌন। অচুনা শাচুং নিংথৌনা চৌংথোং পোইরৈতোনগী
অরাবা অচু য়েংবদা চুংতাইতবগী হায়বা পুকচুংদা মাগী কনবা হৌরম
শেম্বিগে মীংচুনা মরম তাকপীবগী রাথল তৌনা চৌংখোং পোইরৈ-
তোনগী মরম হংবনি। মীগী অরা-মুশি খঙবা থোজানবৈবা মীনি।
শাচুং নিংথৌনা হায়রিবা মরম অসিনা অওাং হেক পোক্লগা ঐনা

সোইপানবনে হায়খিএ। চীংখোং পোইরৈতোননা তৌইগীদি ইচুমা ও নমাইবদি করিনো ইমাইবদি খোংনাং কাইবা য়াং ও কৌএ। অদুগী ঐদি সুকাই সোইকাইবনে। নখিংকাইদি করি কৌবনো হায় সাযেন্নে অদুগী সুকয়োম সোইয়োম্বনে, মপাদি করিনো তাইজিংয়াংনে অদুগী সুকয়াংবনে হায়না পাউথুম্নবদা তৌইগীদি ইচুমা-ও নমাইবগা ইমাই-বগা সিম্নসে, নখিংকাইগা ইথিংকাইগা নমাইয়েকা ইমাইয়েকা সিম্নসে হায়না শিন্নখিয়ে। অদু নোংগী লোইবী শাচ্‌পুং-ও তৌমা কৌএ। শাচ্‌ নিংথৌ সকাং লাংমৈয়েম্বনা চীংখোং পোইরৈতোন-ও নঙদি নঙগী মাইবাদি করি কৌই হায়না অমুক হংলদা শাচুং নিংথৌনা ঐগী মাইবদি খোংনাং কাইবয়াং কৌই হায়রে। শাচুং নিংথৌনা অদুনা শোন্নবা য়ম্বনি য়োকচবীদি করি কৌবনো সায়েম কৌই; অদুগী ময়াম লৈচবনি। মায়োক্নবী করিনো ত উঙৌং য়াংখোম ইনবীনি ময়ম অদুগী ময়াম পোকপা শিবনি। পোইরৈতোননা হায় অদু ওইরবদি ইত্তাউ নঙগী মাইবগা ঐগী মাইবগা সিম্নসি হায়মা হায়রবদা নঙগী য়োকচবীগা ঐগী য়োকচবীগা নঙগী মাইবগা ঐগী মাইবগা সিম্নসি হায়না অনীমকনা য়ানল্লনা সিম্নখি। মরম অদুগী লোইবী শাচুং-পুং হায়না কৌখি। শাচুং নিংথৌ শকাং লাংমৈয়েম্বনা হায় ইত্তাও চীংখোং পোইরৈতোন নঙদি কৌক্রু লাইজি পাংবা লম অয়াং কৌবা লোকলু-খুমদা নাপীগী মখন য়েনবং ফাইবংপোক পুফাই মতোন য়াম্না লোঙবা নাঙং নাখাই; শিদা নাদা নাপু নাশেন, নাপী শীংবী অসি য়াওনা অপাম্বা মনিং হেক খোনবদা ফজে, পঙবা য়েংলগা য়ুপান মজুংদা খোনগাদবনি। হ য়ায়বা রাকম অসিনা মাইবা মাইবীস্থ পঙবা পঙ্-মবা নৈ, অপাম্বা হক ওইবা ফজে চীংখোং পোইরৈতোন্না মহাকী মাইবা অসি চীংদা মশং অয়াম্বদা শোয়বগী কয়া থাজদবা ওইনা লৈবনি। শাচুং নিংথৌ অসি লাইগী মতীক থঙবা লৌশিং লৈবা মীনি মরম অদুনা লাইগী মতীক লৈবা লমদা তাকপীরে। হায়রিবা লম অসি লাঙোল চীংগী রাংমা কৌক্রু চীংনা কোনবা মরক লমতেংদনি।

হাওরৈ লাইনা পাংবরম অমাং কৌবা লোকসুখুম য়েনবং কাইবং পোক পুংকাই তোনয়াম পানবা নাত্তং মাথাই শিদা মাদা নাপু নাখেন নাপী শীংবী মাওনা চৌবা চীংবু ইন্দা খিরো হায়না পাউতাকলকএ, অদু নোংপী চীংখোং পোইরৈতোন্দিনি ও লোচীং নাতেমা অমাং লম-দম ইম্না পোইরৈ শিদবা মাংঙম নাদববু খুনথিরকএ। লমলেন মদাইমা থাংজা কৈখেন মানবী-ও কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোন্না চীংবুরোই লাংওলকপদা অসাদ পোই থাংজা কৈখেন লেন কনম মানবনো হায়না শোল্লএ, অদু নোংপী কৈখেন মানবী থোরৈ। লমলেন মদাইমা থোঙ্‌নুংমমাদম কৌবদ চীংখোং পোইরৈতোন্না চীংবুরোই লাংওল-লকপদা থোঙ্‌নুং মমায় চাম্ববু লৈরমএ। অদু নোংপী নুংমায়চাম-ও কৌএ। লমলেন তুম্বী মহিংখেন কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোননা

---

হৌবা চীংবা চংলো হায়না তক্লকপা মতুংইন্না চীংখোং পোইরৈতোননা নিঙলো চীংকৈবু তুরেং খমলগা অমাং লমদম ইম্না লাকুনা মৈতৈগী পোইরৈ শিদবা মাওং নাদবু খুনথিরকই। লম অকবা মফম থাংজা কৈখেনমানবী কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোননা চীংদগী তম্বাক তারক-পদা তম্বাক অসিদি কৈখেন করি মমায়নো হায়না শোল্লমই, মরম অদুগী কৈখেন মানবী কৌই। লম অকবা মফম অমা থোঙ্‌নুংমায় চাম কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোনদা চীং অমদগী লাকপদা থোঙ্‌নুং মমায় চাম্ববু লৈরমই মরম অদুগী মফম অদু নুং অমদগী লাকপদা থোঙ্‌নুং মমায় চাম্ববু লৈরমই মরম অদুগী মফম অদু নুংমায়চাম কৌই। লমলেন তুম্বী মহিংখেন কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোননা মৈতৈগী শিদববু খুন্থিরকপদা লাইরেন তাংডোই য়োইমোংদনা তুরেন মোংবীচাবু তুংতে লমদা চীংখোং পোইরৈতোন্না হংলকই। ইতাও

---

কৈখেন মানবী হায়বা লম অসিনা মরম ওইদুনা চীংখোং পোইরৈ-তোন অসি মৈতৈ লৈবাক্কী মৈরম পাংবা নোংপোক্কী কৌক্ক তমনা লাকলে। চীংখোং পোইরৈতোন অসিনা মচাক্কী খুন্দাকম তাকপি-রক্লবদা মানা চাংদা চৎলিবা অসি মতম অদুদা তম্বাক অসি ইশিংনা

পোং কৌই। মমু পোংবু করম মানবনো হায়না শোল্লমএ। অদু নোংগী নুংলেপ পোমাল্লমখ কৌএ থৌদু নুংচৌনবাও কৌবদি চীংথোং পোইরৈতোন্না চীংবুদগী লাংওল্লকপদা চীংলেন নাপোম অসিদি করম চাউবনো থৌদু নুংম্ভু করম চাউবনো হায়না শোল্লমএ, অদু নোংগী মুংমিচাউ কৌএ। লমদেন মদাইনা খাবগী কামতেং-লমতেং অহামশোয়-ও কৌবদি চীংথোং পোইরৈতোনদা পোইরৈ শিদববু খুন্থিরকপদা পোইরৈ শিদবা রাংওম নাদ... লাইজা ময়েং তাবা পামেল মপাল লোইবা কেঙনা; ঈশং থাবা থৌদু নুংকম হোংবা লৈওক্লরে। ঐদি পোইরৈ শিদবা রাঙা নাংবু খুন্থিবা... হায়না

---

মত্তে, নুং অয়াংবনি হায়না খুমথি। হয়িংউদা (সত্যযুগতা) মীবু পোং কৌই। অদুনা নমু পোংবু কমদৌনা মানবনো হায়না শোল্লমই মরম অদুগী নুংলেপ পোমান কৌই। অমনা থৌদু নুংচীঙ্গাউ কৌবদি চীংথোং পোইরৈতোনদা চীং অমগী লাংপাদা হায়খি চীং নাপোম অসিবু কমদৌনা চাউবনো থেংনুংম্ভু মরাং তোনা চাউবা চাউইবা হায়না শোল্লমই, মরম অদুগী নুংমিচাউ কৌই। অদুবু লম অমা থাবা লৌহামতে কমদেং অহাংপোয় কৌবদি চীংথোং পোইরৈতোননা পোইরৈ শিদবু খুন্থিরকপদা পোইরৈ শিদবা রাংওম নাদবদি লৈরমদে। ঈশিং মথেং কামদা উলাঙ্গ মথোং লোয়বা ঈশিং চাউরমগী মকম ইথং থাংবা মকম ইনা থৌদু নুং তাউথোকখিবা

---

হয়িংউ হায়বা অসি মী অঙাংনা চকমবিগী অমানম মতমদা লৈনা অদুবুমু হয়িংক কৌই। পোইরৈতোং অসি খাচু লিংথোনা হায়রকপা মফম অসি মৌরবদা মপুঙ পেঙ্গি হায়বা রফম ... থঙলৈ। হায়রিবা অসিনা মরম ওইদুনা পোইরৈতোনগী লা পা মতম অসিদা নোংচুপথাদা মৈতৈগী ভগ্যাক অসি হাংনা ... লৈবা খুঙাবা য়াদবগী ম্লাকমনি। চীংথোও অকেমদে। খুনগা থব থবা লৈনা অদুগী মওঙনি। খুনগাং অমগী অমা লৈমদা খুলেন থাবা ... কইনগী মমকনি। চীংথোং পোইরৈতোন অসি হায়রব লমদেং অসিদা

য়েনখং কাইখং হৌবা পুংকাই তোনয়াম পানবা চীংদা ৱাইথুংলরে হায়দবরা ? চীংখোং পোইরৈতোননা মমাইবা খোংনাং কাইবু খৌনেক-খিরে। ইমাইবা খোংনাং কাইবীয়াং-ঙ ঐবু মপা পোকখবরা সুমা পোকখবরা খোমলেন মঙ চঙঙ হায়খিরে। মমাইবা খোংনাং কাইবা য়াংনা ৱাইখোং তোংবাব মনাউরুক কৈফেরোই মঙদারক্কা। চামলৌ লারোন য়ৈনা চেংখৌ ক্ষাফাপ্পা য়েক্রম কাংখিন্না তরেৎ শেন্দি ময়াই মোইরু থুংদি কাকুপ্পা শিং শিংলাগা য়োংনা খোমলেম মঙজঙবা মপা পোকতৌরে মঙকাওবু সুমা পোকখে। চীংখোং পোইরৈতোননা ৱাওইখিএ। ইমাইবা খোংনাং কাইবা য়াং-ঙ নঙদি করম খোমলেন মঙজঙ হৈবনো হায়না পাউকখবু মমাইবা খোংনাং কাইবয়াংনা

মকমদা থুংলরে। মফম অদু য়ৌরলদা চীংখোং পোইরৈতোননা ঐদি পোইরৈ শিদবা মাংঙথ নাদবন্নু খুন্নররোই হায়রগুনা য়েনখং কাইবং হৌবা পুংকাই তোনয়াম পানবা চংদা থুংলরে অদুগী চীংখোং পোইরৈতোননা মহাক্কী মমাইবা খোংনাং কাইবায়াংবু খৌদারে। ঐগী মাইবা খোংনাং কাইবায়াং মঙ মঙ চঙঙ হৈখিনিপা পোকখদ্রা নুপী পোকখদরা য়েংউ হায়রগদা মমাইবা খোংনাং কাইবায়াংনা থুমুক মচা মংদারুক কৈফেরোই মংদারক্কো ( খুন্থোক্কা ) সানা মরোন মরোন থারগা চেঙ অঙৌবা চোম্না হাপলগা মখক্তা য়েক্রম খিল্লগা শেম অনী হাপ্পা থুম অনী লোম্ন হাপ্পা শিং লানা য়েংললগা হাপ্পা অদুগা তুমললা মঙকাওবু নিপা পোকনি হায়রে, অদুগা নুপী অমা পোকলে। চীংখোং পোইরৈতোননা শাউরদুনা মাইনা খোংনাং কাইবায়াং নঙনা মঙজঙবা করম হায়না হৈবা হায়না হংলো মাইবা খোংনাং কাইবায়াংনা

মহাক্কী মীয়ামগা লোয়নবা সমুম মকৈ শাতুনা মীয়াম খুন্দাতুনা লৈরবদা মাগী মাইবগী মঙদা হায়বদা ওম্ন তৈনরিবা অসি লমগী লাইনা লংমরিবগী খুদমনি। চীংখোং পোইরৈতোননা তৌবগুম মাগী লোয়ন-রকপা মীয়াম পুম্নমকম্ম মচা মশু পোকলে, মুন লেম্মা খুংগং ওইরে।

পাউখুমলকএ। চীংখোং পোইরৈতোন-ও ঐদি খোমলেন মঙজঙ শোয়দে নরম লম্বাবা অসিনা খে গোইন্দরিঙৈনে হায়না পাউখুমখিএ। অহু নোংগী খ.ব' লৌ হাংদেং লমদেং অহাম শোয়-ও কৌএ। মমাইবা থোংনাং কাইবয়াংনা অনৌবা হন্না খোমলেন মঙজঙববু পামা পোকৈঙনে মঙফাওরে য়োন্দমা পামা পোকএ চীংখোং পোইরৈতোনমা ইমাইবা থোংনাং কাইথয়াং-ও পারি অসিগী কোলোয় মমিং থোনবু করি কৌনসিনো খিকলোই মিংবু নিংখোনসি হায়বস্থ খিতলোই তাংনা তেকএ কদৌনকো, শীংনাং নেশ্বী মিংবু থোনসি হায়বস্থ শীংনাং তাংনা চাউএ, নেশ্বী তাংনা খাকএ কদৌনকো। শীংঙুৎ মিংবু মিংখোনসি হায়না পাম্বিবু শীংঙুৎ শীংতাপুং তপুং শীংমিংনবা ও কৌএ হায়না চীংখোং পোইরৈতোনগী মপারি তপুং

---

খুমই। চীংখোং পোইতোন ঐদি মহৌশাদগী মঙজঙ শোয়দে। ঐনা নত্তে লমগী মপু লাইগা খেংনবনি, লাইনদি হায়না মাইবনা খুমখি। মরম অহুগী খাবা লৌ হামদেং লমদেং অহাম শোয় কৌই। অহুদগী মতম থন্না লৈরগা অমুক লৈবা লৈনৌতাবী মীরোয়্নবদা মাইবা থোংনাং কাইবায়াংনা খোমলেন মঙজঙববু নিপা পোকনি হায়না মঙকাওরে। অহুদা শোয়দনা মচা নিপা অমা পোকলে। চীংখোং পোইরৈতোনা মহাক্তী মমাইবা থোংনাং কাইবায়াংদা হায়, ঐগী ইচা নিপা অসিবু মমিং করি কৌসিগে। খিকলোইগী মমিং লৌসি হায়বস্থ তাং তেকলি। নেশ্বী শীংনাংস্থ তাং চাউই, মতাং খাকই কায়দে। শীংঙুৎকী মমিং লৌনা মিংখোনসি হায়তুনা শীংঙুৎ শিংতাপুং তবুং শিংমিং নাইবা কৌই। মচা নিপা অসি মতম থরা লৈরগা শিরে। মাহুদা চীংখোং

---

লাকইবা পোইরৈতোনগী কাংবু অসি লমদেংদা মাগী মাগী মমুম মকৈ থঙনা লেঙদবা মফম ওইরে, লৌ শীং উহুনা লৈরে। চীংখোং পোইরৈতোননা মমাকৈঙদা শাচুং নিংগৌগী য়ারম কাউদবনা মচাগী মমিং অসি মাইবগা শরুবা য়ামনা থম্নে। শিরিবা অতাং অসিগী থরায় অসিনা পাইখোকুনা অতোপ্পা মীওইবগী হিংতুনা লৈবা হকচাং

অহনবা কাংলেন লৈনৌবা সকাং য়াইথাবা লৈশং খেকরাইবা থরোইঙ্গোন থুম্বাহন থইয়াই কোৎদংস্থ অহনবী হাওচেং লাংমৈস্থ শাকবীস্থ নোংমদ্রে। পন্থো নপা চীংখোং পোইরৈতোমনা হেত্তাই মপাউ লাউনা উরেপ কনা চাথিমা ফমলেন কনা চারা ওইনিবনো হায়না মীকপথৈ। পাম্মি নওঙ্গি তাইবং অমুরক হলরাইথো পন্থো নপা চীংখোং পোইরৈতোম্দা হায়রক-ও। নওনা পাম্মি থামনা য়াম নমোম তোকমাহকপা অসিবু লহান নওনা মালেম খুনফাওরকতৈগী খুনথী

---

শাকবীস্থ লোইনা শিরে মরম অহুগী নপা চীংখোং পোইরৈতোমা মচুগী দময়ক কপ লাক্তনা মুংলেপ চার লৈত্তবগী মমিত্তগী মপি কংদবা তারে (কপ্পা তারে)। পাম্মি নত্ত তাইবংপান্দা অমুক হন্নুখো নত্তগী নপা চীংখোং পোইরৈতোমদা হায়রক চংলু। নপানা মচা নিপা মুপী অনুপ য়ামনা কায়শরিবা অসি কাওনদনবা অহানবদ, নপানা তাইবংবান্দা লৈখুন্দুনগী ফাওরকপদা লৈখুংগী থুংখোং হাংবা শন মানবী কসোম সঙ্গাই মানবৰু মাতক চাউবা নবুংতো লাংতুনা হকচাং তাক-

---

মতমগী চংনবা লোম্বা সংকীর্তন মফম সরকারগী বিচার মফম, মীওইবগী হকচাং মফম অহুম অসিগা অমং তাইবং পানবগা মশক চপ মাৰে। মশক অহুম অসিদা ঈশ্বর ভগবান তাইবংপানবগী মপুগী লেত্তদবা মশকনি। হায়রিবা অসি হকচাংগী রারমদা হায়রবদি মামবা মশক মওং অমা লিংখৎপা হায়বা অসিদা শন্দোকপগী মীয়ামা ওইবা মশক হায়বদি মানবী কসোম শঙ্গাই মানবা হায়রবসি মযামনা ওইবা মশক অসিদি হকচাংস্থ য়ামনা ওইবা মশকনি, কোমুংস্থ মযামনা ওইবা মশকনি, মী ময়াম তিনবা য়ানবা শেম্বা শত্তদা তিনবা অহুস্থ মযামনা ওইবা মশকনি। মশকশিং অসি হকচাংগী লাইরিকনা শন কৌই, অমনা গুরুম কৌই অমত্তনি হায়রি। হৌজিক হায়রিবা অসিনা ময়ামগী তিনবা য়াবা মশক অমা শেম্বা অহুগা ময়াম অহুনা মশক অমত্তা ওইবগী মমিং অমা থোমবা হৌজিক থওনবা লোন্দা

খুংখোং হাংনবা শল মানবা কসোম সলাই মানববু চীংখোং নমিয়োক্লা শনকনল ও তরিং লৈমচা য়াংলৈ ওহবু মরোং লৈগা তমহল্লো কংলৈ শা ঔ তানা চীংখোং নামিয়োকলা-ও। তেকপী ওকপাউ হাংনা য়োই-য়োক-ও। কাইরৈ য়েনকাং ৈয়না য়োইয়োক ও। নাউহিংবা নমুকপু সোইবু হিংনা য়োইয়োক-ও। লাবলা সুকপু সোইবু খাংনা য়োইয়োক-ও। লাথুপ্তি লাইজা থুপ্না য়োইয়োকও। পরৈ তানা শোইনা তানা চোইনা মাংদা য়োইয়োকও। হয়েং লোইদান মনুং ওই থাই ময়াই কা লোইমোম খোইঙা শারবদা চীংখোংনা সাকয় ও, পন্থো নপা চীংখোং পোইরৈতোম্না থোকউ। অহাওবা লম সুনাওদা মদক অমা উ থাগী চৈ মথলনা শেম্বা চাউবা পিকপগী পাম্বং হম্না শাইজেন নাইনা খন্দোকপা মকম অহুদা মতিক লৈবা নবুত্তে লাংলু। লাংলিতৈদা অকনবা ওককী মখোল হাংপা তাহন্দনবা মখোল হোৗখা অমা কাংনা ৈয়বা অহুগা লাংপা লাইরগা পোকলকইব মচা মজবু ফ হল্লু (পীজ পীথকউ)। মতিক চাবা ভমজবা থবা মীওইবগী মপোক্তা পোকজিবাশং অহু পীজবা। মাহওনদিল্লব পুকনীং চঙনা পুকচেন শেংনা লাংপা লাইদা চংজবা থুকস্থা হক্চাং থুপ্না তিংথোকপা অহুগী মওং তানা লাংও অহুগা চহী ওল্লগা শিখিবা থুমিং লত্তুনা শোয়রুকলনা ময়াম লাংও লৈমুং থরায়রেনমা হায়, হে অঙাং নংবু পোকপা নপা চীংখোং মান্দব থনবা অহুবু হায়রবনি। হায়রিবা অসি শুমাঙদা মান্দব থনবা কর্ম তৌবা। কাইরৈ য়েনফাং হায়রবদি য়েল অনী ৈয়বা, থীংবা হায়রবদি তৌজিকী চৎনবী লোঙ্গা সন্তোগ শকপা অমা, কংশি কর্তাল পুং অসি জোড়া জোড়া ৈয়বা অসিন, অহুগা মৈতৈগী শুমাঙদা লা তাবা হায়বা অসিশু অরুবা লাংকম লোকপা রায়মনি হায়না তৌনরকই। থরায়রেনগী য়াথং— হয়েং লোইদাম মনুং ওই, থাংই ময়াই কা লোইমোম খোইঙাং শাবা হায়রবদি হৈংথাবা (সন্তোগ) অহুনা পুকনুংদগী মপুং ফাবা মতম অহুবু কৌই। মতম অহুদা কুমওন ফিরোই শোনবা রায়ম অসি নপা চীংখোং পোইরৈতোন্দা

হায়রু-ও হায়না পাউমেন্নবা হোয়দা ইপল লৈমুং থরায়রেন অহনবা-ও ঐদি নারানিগীনা খমমুং পাংথো য়াম্বা সম্বা কো খন হকপবু লানঙমলোইএ। খোঙ্গু নুংমায় কুইববু কোইঙমলোইএ, ঐদি তাইবং ওন্দ ঙমললোইএ হায়না য়াহম্ববু লৈমুং থরাইরেননা ভবুং শিংমিংনববু কৈরা তান্না থোংনা খল্লাই লেংলোই চুপনা য়াহমখিএ। পারি নারা-ও হায়গনো পঙ্গে নপা চীংখোং পোইরৈতোননা পলেম মমা লৈনো তাবীমা য়াইখোং শাইন্না সুমাই বংশিদা থুমুং পাউতাক্কা য়াংলেনপুং হোদনা নোংহামলিডুনে. নপম্না হাওশি মংখিনবনা হান্নগান, পোইরৈতোনদ, হায়রুও হায়হুন। মেম্ববু শঙাং অহুন। হায়রকই— ইপম অশিবগী নিংথৌ ঐদি অঙাংনিনা অশিবগী লৈবাকী পাখি কোমখি য়াম্বা লম্বী ফত্তবা চৎপা ঙমলোই, তাইবংপানবগী লানঙম-দবা থোং অচৌবা পাঙ্গে লাম্বা ফদববু লানবা ঙমলোইএ। নুং অচৌবা অশাংববু কোইনা চৎপা ঙমলোই। ঐদি তাইবংপানদা হনবা ঙমলোই হায়না হান্দরবদা লৈমুং থরায়রেননা ভবুং শিংমিংনববু মতম্পাক্কা পমলগা মতৌমা হম্না হম্না চুপতুনা য়া হান্দরকই। ইপাগী হুদুংঙো হান্নগন্নু, নবু লোকপা নপা চীংখোং পোইরৈতোন্না নপা নমান। পোংলোইবনা হানগ্রান খাঙ্গে হোজকমক পোংলোই-ত্রৈভেদা চৎলো। হোজক পুং য়ৈত্রৈ ইশৈ শর্কত্র, খুন পাউ হায়রু চৎলু। লাকইবা অঙাংগী খরায় অহুনা ঐদ হকচাং শিরবা অাসদা অমুক চঙবদা হকচাং লাপ্নব। লাম্বা ফদবা ঙাসনা হকচাং য়োনা লানবা ঙম্নরোই। নুংশায় কুইবা হায়বদি তাইবংপানবগী অচৌবা মমুং ওইরিবা অহাঙবা হকচাং অমদগী হকচাং অমা য়োবা লম অত্থবু থরায় অপিকপা ঐনা লাম্বোকপা ঙমলরোই। হকচাং পুরিবা থরায়রেন অহুনা তম্বাক্কা পম্বা হায়বদি নিংসাম্বরগী মুংশিত্তা তোংহুনা পাইখোকলকলে। চখা চাংমেশাং হায়বাস হকচাংগী লাইরিকশিংদা পিতমগী মমৈ অত্থবু কোই হায়। অমনা মখাগী ঈশিং খোঙবুস্থ হায়। মরম অহুমা অঙাংগী মপান খোকশিবা থরাই অমি মিংচিদা

লৈমুং থরায়রেননা কোলোয় মতিনমেনবু করি মেল্লকপনো হায়না মপারিবু ফৈরা তান্দা থোংনা পাউ হংলমএ। হোয়দা ইপল-ও পম্লো লৈমুং থরায়রেন্না হায়খংলকএ লহাব নভনা মালেম থুনফাও-রকভৈগী থৌত্থ নুংথোঙ হাংবা শল মানবী চৌংথং শলাই মানববু মানবী লীগা থুনা লুমৈ শাংনা তরং লৈমচ য়াংলৈ ভম্বু মরোং চৈপা তমহল্লো, কংলৈ শাঙ্গৈ তানা চৌংখোং নমিয়োকয়া সাকয়নও। তেকপী ওকপাও হাংনা য়োইয়োকও নৌস ফিংবনা সুকপু সোইবু হংনা য়োইয়োকও। লাখুপতি তিলচা থুপ ও, লাইজা থুপনা য়োই-য়োক-ও। যেংনা লৈবদি ওয়না থোকও, ওয়না লৈবদি য়েংনা থোকও, পৈরে তান সেংইনা জানা য়েংইথোকও। হয়েং লোইদাম তোনা হল্লকপনো। অশিবগী নিংথৌ লৈমুং থরায়রেন্না করি রা হায়-রকপা হায়না হংলগা মচানপাবু মতম্বাক্তা পমলহনা চৌখোং পোইরৈ-তোননা রা হংলমই। মাহুদা মগানিপানা খুম খ— ইপা লৈমুং থরায়-রেন্না হায়রকপা রারম হায়গে। মথাংডৈদা পম্লো নভনা লৈখুন্দগী থোরকপা মতম অদুদা শুংথোং হাংবা শন চৌগী চৌংলাইবক মানবা শলবু থোরা থুংনা তরং লৈমগী মচা য়াংলৈখবু মরোংটে ময়াম্না তম্না শেমহল্লো সুমাঙদা শাই নাইনা শেমলগা মতীক অচৌবা মবুংতো লাংলো শিবা নাবা তাকনবা। ওকো পাই হায়বদি মখোল অকনবা ও হন্দনা লাংলো, অয়ুক নৌনা পোকনবগী পোকলগা পুন্সনবা চঙ-থোন্না লাংও। হৈ থাংও। হকচাংগী ফিতুপ্তি লাইদা চংজনা তিঙ্গবগী লাংলো। য়েং ওদু অনীংঙ্কা পুনশিনবা পাইর অচানবদা নীংলম্বা মংশিবা অরানবা থুনম ফনবা হয়েং অমুক্তী মপোক্তা ফনবা চঙথোম্বদা তাকপা। চৌংলাইবক মানবা শল হায়বদি মান্দোপ তরং অঙাওবা সুমাঙদা তাইবংপানবগী মশক অমা ওইবা অপিকপা মশক হায়বদি উ রাগী মথল ময়ামদা শেম্বা, মকম অতুদা অচৌবা মবুংতোবু লাংলু অদুনা ইশা ওংকুবনি। লাইদা কংলৈভেগী মতমদা শাগী মখোল অকনবা তাহন্দনবা কৌজিক থভনবা পুং করতাল য়ৈবা

